# খুবাক ঈশৈ

## শৈশক শৈরেং



শ্রীমতী ক্ষেত্রিময়ুম থৌরানীশাবী দেবী (পদ্মশ্রী)

# খুবাক ঈশৈ

## শৈশক শৈরেং

অইবী ঃ

শ্রীমতী ক্ষেত্রিময়ুম থৌরানীশাবী দেবী (পদ্মশ্রী)

এক্স প্রধানগুরু জরাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমী, ইম্ফাল।

**KHUBAK ESHEI SHEISHAK SHEIRENG**

*Written & Published by*

Smt. Kshetrimayum Thouranishabee Devi (Padmashree)





অহানবা ফোঙবা : নোংমাইজিং, জুলাই তাং ১০, ২০১১ ইং

মশিং : চামঙা

অফোঙবা : অইবী মশা

মখুমগী অযেকপা লাই : আর. কে. সি. এস.

মমল : লুপা ১০০/-

নম্ফমঃ ইবোযাইমা প্রিন্টর্স, মোইবাংখোম লোক্লাওবুং, ইম্ফাল।

শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী নির্মল্য খুবাক ঈশৈ শৈশক শৈরেং লাইরিক মচাসি খুবাক ঈশৈবু নুংশিবিবা ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী মফমদা কৎথোকচরে।

শ্রীমতি ক্ষেত্রিময়ুম থৌরানীশাবী দেবী

# ৱাহৈ খরদং

মণিপুরগী নট সঙ্কীর্ত্তন শৈশক কয়াগী মনুং চল্লিব, শ্রীজগন্নাথ বল্লভদ্র অমসুং শ্রীসুভদ্রাগী রথ যাত্রাদগী পুর্ণ যাত্রা অমসুং হরি শয়ণ ফাওবদা কৎনরকপা "খুবাক ঈশৈ" সঙ্কীর্ত্তনগী ছাপা লাইরিক অমা উজবা ফংলগনি খঙজবদা থোইদোক্লা নুংঙাইজে। শক্লাইরবী ইচেবেম্মগী জগোইগী লাইরিক অনি উজখ্রে। হন্দক খুবাক ঈশৈগী লাইরিকসিনা মণিপুর নট সঙ্কীর্ত্তনগী লমদা পদ্মশ্রী থৌরানি শাবীনা নট ঈশৈদ কৎপিরকখিবা অবদান খুদোলগী ময়েক লারবা খুদম ওইরগনি।

'খুবাক ঈশৈ' হায়বসি মণিপুরদা শ্রীজগন্নাথজীগী রথ/কাং চিংবগী থৌরম পাঙথোক্লবা মতুং চহী অমগী মতুংদা হায়বদি (খৃঃ ১৮৩৩) মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহ (১৮২৫-১৮৩৪) মতমদা অনিরকশুবা স্না কোনুংগী রথ যাত্রা কাংচিংবদা পালা লোয়শঙগী গুরুশিংন লিংখৎলগা কৎপিরকখি হায়নৈ। মণিপুরদা লৈবাক নিংথৌগী ওইনা শ্রীজগন্নাথ বল্লভদ্র সুভদ্রা নির্পণ কৎলকপসু ইনিংথৌসিদগীনি। খৃঃ ১৮৩২ দনি। রথ/কাংচিংবা হৌরকখিবসুনি। ৱারীশিংসিগী অশম্বসু লাইরিকসিদা পনবিরি।

ইতিহাসকী মতুংইন্না মণিপুরদা শ্রীজগন্নাথ বল্লভদ্র সুভদ্রা ইহান হান্না লেঙশিল্লগা সেবা চঙলকখিবদি মৈতৈ বামোন লাইপুবম শাগৈনি। শাগৈসিগী পুকোক শ্রীপুরুষোত্তম ঠাকুরনা মৈদিংঙু চরাইরোংবা (খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯) হাক্তক্তা উরিষ্যাগী কটকপানাগর

বাৎধা কানচনগরদগী দেবী দেবতা অহুমসি লেঙথোক্লক্লগা মৈতৈ ব্রাহ্মণ ওইনা লৈরম্মী ব্রহ্মপুরদা। খন্ননিঙাই ওইবা ৱাফম অমনা শ্রীখাইদেম নবকুমার সিংহনা জুলাই ১৯৯৭ ইংদা ফোঙবিখিবা "শ্রীশ্রীজগন্নাথ উপাসনা" কৌবা লাইরিকসিগী ৱাহৌদোক হায়বসিদা মহারাজ গম্ভীরসিংহনা শ্রীজগন্নাথনচিংবা শ্রীমূর্ত্তিশিং লাৎত্রিঙৈ মপা ইবুংঙোগী মতোন (গম্ভীরসিংহগী মপুধৌ থোকপা) নোংপোক লৈরিখোম্বা, মন্ত্রি পুন্সিবা শ্রীআনন্তশাইনা জগন্নাথনচিংবা দেবতা ও উরিয়া পাণ্ডা চন্দ্রশেক্ষর কৌবা ব্রাহ্মণ অমনা পীরদুনা মূর্ত্তি ও সেবা চৎখি হায়রী। শ্রীজগন্নাথ মচিন মনাও ও সেবা ফংজখিবতা নত্তনা কাংচিংবা রথ যাত্রাসু শ্রীগোবিন্দজীউ সনা কোনুংদগী শ্রীবীজয়গোবি- দগী মন্ত্রি ময়ুম্না চহী ৫২ হাল্লী হায়রী ৱাফমসিমদি থিজিন্নিঙাই ওই। মরমদি লৈবাকসিদা রথ যাত্রা কাং ইহান হান্না চিংখিবা হায়বসি লোন্ন থুপ্লা লৈবা য়ারোই। লৈবাক নিংথৌ য়ৌনগদবা ৱাফম ওইগনি। লোয়ননা থৌদোকসি চৈথারোল কুম্বাবদা শোয়দনা লা চনফম থোকই। অদুবু মতাংসি কুম্বাবদা থেংনদে।

লৌখৎচরিবা ৱারী মতেক খরসি তুংগী মীরোন্দা চঙক্লবা লৈহৌদনবা খন্নহৌনবগী শরুক্নী। মরমদি লাইপুবম শাগৈগী শ্রীজগন্নাথ বল্লভদ্র সুভদ্রাগী রথ যাত্রা কাং চিংববু মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহনা লৈবাক নিংথৌগী ওইবা রথ যাত্রা কাং চিংবা পাঙথোক্লবা মতুংদা চহী কয়া কান্নরগা মৈদিংঙু নরসিংহ অমসুং চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদগী সেবা ফংজরকখিবনি। অসুম্না মৈতৈ বামোন খুঙ্গং লৈকাইশিংদা লৈবশিংনসু মহারাজগী য়াথং ফংলবা মতুংদা কাংচিংবা রথ যাত্রা মহোসব পাঙথোক্লরকখি। মসিদসু ইনিংথৌনা শ্রীগোবিন্দজী স্না কোনুংগী কাং চিংবা রথ যাত্রা পাঙথোক্লবা মতুংদা খুল্লক্কী কাং চিংগদবনি হায়বা অকক্লবা ৱাফম থম্বীখি। চৎনরোলসি

ঙসি ফাওবা কায়দনা লৈরী। লৈবাকসিগী মনুংদা কনাগুম্বনা শ্রীগোবিন্দজীউগা লোয়ননা সেবা ওইরিবা শ্রীজগন্নাথ বল্লভদ্র সুভদ্রা ৩ গী চহী চহীগী রথ যাত্রা কাং চিংদ্রিঙৈ মমাঙদা হান্ন কাং চিংলবদি লৈবাক নিংথৌগী চৎনরোল ঙাক্তবগী অৱাবা মায়োক্লগনি হায়বগী ৱাফোঙ লৈরম্মী। শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দজীগী রথ অয়ুক চাকচামাংদা চিংবদি শ্রীগোবিন্দজীগী রথ যাত্রা য়াউবা য়ানবা মহারাজগী য়াথংদগী মন্ত্রিময়ুমতগী ওইনা চৎনহনখিবগী ৱাফম লৈ তঙাইফদবদগী ৱাফৈ খরা লৌখৎচখ্রে ঙাকপিগনি। ৱারোইদা থমজরী খুবাক ঈশৈ।

খুবাক ঈশৈ সঙ্কীর্ত্তন হায়বসি মণিপুরী নট সঙ্কীর্ত্তনগী পর্ব্বদিন মহোসবকা মরি লৈনবা অখন্নবা শৈশক অমনি। মসিগী তোপ তোপ্পা নীংথিজবা কয়া লৈ। ঈশৈগী ৱারী থৌদোক লৌখৎলিবশিং, তান-চোলোম (নুপা-নুপীশিংগী অখন্নবা) কয়া ফিজেৎ লৈতেংগী শরুক অমসুং পূংলোন তানগোন্নবী চোলোম অসিনচিংবা। মসিদা উশোয় কারন, দোলাই ফাবা অমসুং দোলাই থৎপ চোলোম গুরু কয়ানা কৎপিরম্বশিং লৈরম্মী মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি মতমদগী চূড়াচান্দ ফাওবগী স্না হাক্তক্তা। নট সঙ্কীর্ত্তন খুবাক ঈশৈগী নীংথিজবশিং মাঙশিল্লক্লবা মতমসিদা গুরু থৌরানি শাবিনা পূং-ঈশৈ অমসুং রসকী মরিক চুম্বা লাইরিক অমা ৱানা হোৎনবিদুনা পুথোকপিরকপসি মমল নাইদ্রবা খুদোন্নী। খুবাক ঈশৈ সঙ্কীর্ত্তন য়োকখৎপদা অচৌবা মতেং ওইরগনি। ইচেবেম্মনা মণিপুরী জগোয় অমসুং ঈশৈদা পুন্সি কথোকপিরকপগী ময়েক লারবা খুদম অমসুনি হায়নীংই।

**শ্রীঅরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা**
রথযাত্রা নুমিৎ

# হায়জনিংবা খরদং

গুরুশিংনা থন্বীরম্বা ফজখ্রবা রাথযাত্রা মহোৎসবকা মরি লৈননা পাঙথোকপা খুবাক ঈশৈ সঙ্কীর্ত্তন হায়বসি নট-সঙ্কীর্ত্তনগী মনুংদা তোপ-তোপ্পা মশক মগুণ লৈজবা শৈশক অমনি। মসিমক নিংথৌরোল অনি অহুমদি ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা যাম্না পাম্নবা শৈশক অমা ওইরম্মী। অদুবু লাইবক থীবদি নট-সঙ্কীর্ত্তনগী মনুংদা শৈশক খরদি তপ্পা তপ্পা মরাই চাইথরক্লি। মসিগী মনুংদা খুবাক ঈশৈসু অমনি। অসিগুম্বা মণিপুরগী কলা সংস্কৃতিগী মশেক মঙান পুবা লংলবা থৱানমিচাক্কুম্বা শৈশকশিং অসি মরাই চাইথরকপদা থম্মোয়দা খাঙমদবা অৱাবা কয়া পোকচৈ। ঐহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদগী মণিপুরগী শক্লাইরবা ওঝা গুরুশিংগী মফমদা চংজরগা তমজরকখিবা জগোয়, ঈশৈ অমসুং লীলা কীর্ত্তননচিংবা শরুক খরদি হৌজিকসু থৌগন ফংজরি। অদুবু মতমনা য়ারক্তবা হায়গদ্রা খুবাক ঈশৈ হায়রিবা ইশানা মতম অমদা পামজনা অমসুং নুংশিনা শক শোঞ্জরম্বা, লৈবাক্লা খৌরাংনখিবা শৈশক সিমদি হৌজিক্তি ''নোংমা ফাদোক'' হায়বদু তাশিল্লক্লে। মসিনা মরম ওইরগা হৌজিক হৌজিক নাম শোনবিরিবা ইবুংঙো ইবেম্মশিংদা ঙাঙোম গুরু ঁযুগিন্দ্রো, শগোলশেম গুরু ঁকালিদমন, থোংবম গুরু ঁমুনান অমসুং খাঙেম্বম গুরু ঁগুলাপিনচিংবনা ইমালোলদা থম্বীরম্বা নিংথিজখ্রবা খুবাক ঈশৈগী শৈশকশিং অসি মাঙখিদনবা শিন্নজনিংবদগী লাইরিক মচাসি শাগৎচবনি। অমনা মপুং ওইবা

খুবাক ঈশৈ শৈরেং শৈশক অসি থোংবম গুরুদেবনা মচা-মনাইনি খনবীদুনা ঐঙোন্দা শিন্নবিরম্বনা খুৎই ওইনা অসুম্মক মাংখ্রদরা কিজবদগী ছাপা নম্লগা ফোংদোক্কে লেপচখিবনি।

মণিপুরগী শ্রীগোবিন্দদা কৎনরকখিবা খুবাক ঈশৈ সঙ্কীর্ত্তনগী শৈশক পরিংদি বৈষ্ণব কবি কয়াগী রচনাদগী লৌখৎপা ফজ ফজবা শ্রীগৌরাঙ্গগী জগন্নাথ রথযাত্রাগা মরি লৈনবা ভাব রস কয়া, শ্রীবলরাম কৃষ্ণনা বৃন্দাবন্দগী মথুরা লেংবা মাথুরগী নিংথিজখ্রবা নুংশিখ্রবা শৈশক কয়া অদুগা চান-চুননা শেম্বীরম্বা গুরু কয়াগী তান-চোলোম অভিনয় অমসুং রস মখলশিং গুরুশিংনা তাকপীরম্বা তম্বীরম্বশিংদগী লৌখৎচরগা লাইরিকসিদা ঙমজবা খরদং থমজবনি। খুবাক ঈশৈ হায়রগা ঐখোয়না থেংনজরকপদা বৈষ্ণব কবি বসু ঘোষকী পদাবালী অসিনা অথোইবনি। ময়াম পুম্নমকনসু হেন্না খঙবিরবনি। অসিগুম্বা বৈষ্ণব কবিদা চংজরগা ওজাশিংগী মৈতৈলোনগী ওইবা শৈশক শৈরেংশিং অসি লেংশিঞ্জবদা ঐহাক্না ইতিক ইপা চাদবনা অশোই অরান য়াওখিবা মথং মনাও ওন্নখিবা য়াওরবসু পুম্নমক্না ঙাকপীয়ু। কনাগুম্বা নাম শোনবীবশিংনা লাইরিকসিদগী লৌখৎলগা শক-শোনবিবা মতমদসু খুবাক ঈশৈ রসবু মুন্না খঙবিবা ওজাশিংগা তান্নরগা শোলহঞ্জনিংঙি।

লাইরিকসিমক্তি খুৎই ওইরিবঁদা হৌখিবা চহি ২০১০ গী কৃষ্ণ জন্ম নুমিত্তা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী শ্রীচরন্দা কৎচখ্রবনি। করিগুম্বা খুদোংচাদবা খরদগী ছাপা ওইরগা ফোংদোকপদি ঙমজখিদে। অদুবু হন্দক শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউনা চান্বীদুনা শ্রীজগন্নাথ রথযাত্রা মহোৎসবকা মরি লৈননা পূর্ণ যাত্রা নুমিত্তা শ্রীজগবন্ধুগী চরন্দা কৎচবা ঙমহন্বীরে। মনাইগী অনিংবা অপাম্বা উবিরিবা

শ্রীহরিনা গুণ্ডিচা মহারানিনা কৎচবা মন্দিরদা নুমিৎ খরদংদা ওইরবসু লেংশিনবিরগে নিংবিরদুনা রথ তোংদুনা লেংবিরগা বিরাজমান ওইবিরম্লগা পূর্ণযাত্রা নুমিত্তা অমুক রথ তোংদুনা ইন্দ্রদ্যুম্ন গী মনি মন্দিরদা হনবীরকখি। মনাই গুণ্ডিচাগী নিংজবা থুংহনবীরিবা শ্রীহরিদা ননাইগী পুন্সিনা হিংলিবমখৈ ইবুংঙোগী শ্রীচরন কাওহনবীদবা নিজরি।

খুবাক ঈশৈ শৈশক চোলোমগী শরুক্তা য়াওরিবা পূংলোলশিং অসি নোটেসন তৌবিদুনা পিবিরকপগীদমক ইচা ইবুংঙো ক্ষেত্রিময়ুম কৃতি সিংহবু তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

লাইরিক অসি ওইনবা হোৎনবদা মতেং পাংবিখিবা ইচা অনি ঙাইথেম রঞ্জিৎ সিংহ অমসুং সান্তা সিংহ লোইননা ঐগী ইপ্পা সিঙহাজিৎ শর্ম্মনা অচৌবা মতেং পাংবিখিবগীদমক হন্না হন্না থাগৎচরি। শ্রীঅরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মনা লাইরিকসিগী মরমদা ইশাগী ওইবা মোত খর অইবা ওইনা ফোঙদোকপীরকপগীসু হন্না হন্না থাগৎচরি। লাইরিকসি তেল্লবা মতমদা ছাপা নম্বীদুনা ঈশ্বরদা মতম চানা কৎচবা ঙমহনবীবগীদমক "ইবোয়াইমা প্রিন্টর্স" কী প্রোপাইটর, মেনেজর অমসুং স্তাফশিংবু হন্না হন্না থাগৎচরি।

লাইরিকসিনা হিংলিবমখৈ পুন্নমক্কী লমন তোনশিঞ্জরে লৌজরি।

শ্রীমতি থৌরানিশাবী দেবী

# ৱাহৈদোক

খুবাক ঈশৈ হায়রগা খঙনরিবা শৈশক অসি মণিপুরী বৈষ্ণব সমাজনা চৎনরিবা সঙ্গীর্ত্তন-মপুঙ ওইনা নট-সঙ্কীর্ত্তনগী অংশ হায়বদি কয়াৎ অমনি। খুবাক ঈশৈ শৈশক অসি মণিপুরদা রথ যাত্রাগী মতম ইঙা/ ইঙেন হায়বদি ঋতু অমগী মনুংদা শক্লবা শৈশক মখল অমনি। মপুঙ ওইনা ইঙেনগী নিনি পানবা রথ যাত্রাদগী হৌরগা হরি শয়ণ ফাওবদা শক্লরম্মী। অদুম ওইনমক স্নান যাত্রা ওইখ্রবদি কনাগুম্বা ওঝা গুরুশিংনা নট-সঙ্কীর্ত্তনগী শৈশক্তা খুবাক ঈশৈগী রস অসি মতেক খর পুশিন্দুনা শক্লরকপসু চৎনরকই। মরম অসিনা খুবাক ঈশৈগী হৌরকফম খঙগে হায়রবদি মণিপুরদা রথ যাত্রা (কাং চিংবা) গী থৌরম পাঙথোক্লরকখিবগী ৱারী খঙবগী তঙাইফদবা লৈ।

চৈথারোল কুম্বাবগী মতুংইন্না মণিপুরদা অহানবা ওইনা কাং চিবা হৌখিবসি মহারাজ গম্ভীরসিংহগী সনা হাক্তক্তনি। ৱাফমসি চৈথারোল কুম্বাবগী লামাই ২৪১ দা অসুন্না পল্লি—

“২০ নি নোংমাইজিংদা জগন্নাথ ক্ষেত্রদগী লাকপা পান্দা বামন্না জগন্নাথবু শাবা হৌএ। ... উদি হৈপোক্তগী হৈনৌ য়াল্লে। ... ইঙেন থাদি ঈরাইনা হনএ। অদু নুমিত্তা জগন্নাথ জীবন্যাস তৌএ। ২ নি থাঙজদা রথ চিংবা হৌএ।”

অসুন্না ইং শোক ১৮৩২ গী ইঙেন ২ নি পানবা থাঙজ নুমিত্তা শ্রীজগন্নাথ, বলভদ্র অমসুং সুভদ্রাজীগী দারুক মুর্ত্তিশিং

রথতা লেংখৎত্তুনা লংথবান কোনুংগী সনা লমজাওদা ইনিংথৌ য়াওনা সেবা ওইবিদুনা কাং চিংবা পাঙথোকখি।

মহারাজ গম্ভীরসিংহনা কাং চিংবগী ৰাখল পোকখিবা অসি মমাংদা থোকখিবা থৌদোক চৈথারোল কুম্বাবদা লৌখৎলম্বা অচ্যুচরণ চৌধুরীগী "শ্রীহট্টের ইতিবৃত্ত", লমাই ১১৫ গী ৰাফম মতুং ইন্নাঃ– শ্রীহট্ট (বাংলাদেশ সিলেট) দা খৃঃ ১৮২৯, ইঙেন ২ নি পানবা হিন্দুশিংগী রথ যাত্রা কুম্মৈগা মুসলিমশিংগী মহরম কুম্মৈগা নোংমতদা তামিন্নখি। শ্রীহট্ট পুবা বৃটিশ মজিস্ত্রেৎনা হিন্দু মুসলিম খৎনবা থোক্তনবা কাংলুপ অনিমক্তা মখোয়গী থৌরম অদু অমা নত্রগা অমা য়েথোকপীয়ু হায়খি। কাংলুপ অনিমক্না য়েথোকপা অদু য়াফম থোক্তবনিনা য়াখিদে। মতম অদুদা হিন্দু সম্প্রদায়গী চিংনবা, অকিবা ৰাখল অদু গম্ভীরসিংহ মহারাজদা হঙ্গৎখি। য়েথোকপা য়াদবা লাইগী থৌদোক অদু করিগী য়েথোক্কনি পাঙথোকসি ঐ লৈ হায়না সনা য়াথং তাকপীখি। থৌদোক অদুদা কাংলুপ অনি য়েখায়নদুনা হিংশা থোক্কদৌরে হায়বা পাও হেক তাবগা মহারাজ মশামক অঙম অথৌ অমদি ঙাক শেন্ননবগীদমক পুম্নমক্কা লোয়ননা লেংথোক্তুনা কাং থৌগল তৌখি। য়েখাই থিনগাইবা হৌরকপা পুম্নমক থৌনা ফনা তানখায়দুনা থৌরম অদু মপুং ফানা পাঙথোকখি। লমদম অদুগী হিন্দু বৈষ্ণবশিংনা মণিপুরগী নিংথৌবু মীথোই মীহেম্বা, ঈশ্বরগী থৌজাল ফংবা, লাইনিং চেৎপা বৈষ্ণবনি হায়না ইকাই খুম্নবা উৎখি।

ইনিংথৌ গম্ভীরসিংহনা মণিপুরদা সনা খোঙলেংথোকলক্লবা মতুংদা লাই অহুমগী মুর্ত্তি নিরুপণ তৌবিরগা কাং চিংবগী থৌরম হৌদোকপীখি। অফবা পুঙফমদা অফবা পাম্বী মফম চানা থাখিবগুম

কাং চিংবগী থৌদোক অসি বৈষ্ণবশিংগীদমক্তা মরু ওইবা থৌদোক ওইররে। মণিপুরদি ধর্ম্মগী অমসুং সংস্কৃতিগী লৈহাও মপুং ফানা চেন্বা লমনি। ঐখোয়গী ইতিহাসনা মদুগী চপ চাবা প্রমান্নি। নীলাচল ক্ষেত্রদগী হৌদোরকখিবা শ্রীজগন্নাথকী রথ যাত্রা কাং চিংবগী থৌরম অসি মণিপুর য়ৌরক্লবদদি সংস্কৃতিগী থৌরমদা খেন্নবা মশক কয়ামরুম য়াওরি।

শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেবগী রথযাত্রা মহোৎসব পাঙথোকপদা নুমিদাংগী মতমদা শৈশক অনি শকই। মদুদিঃ– ১) জোয়দেব শৈশক অমসুং ২) খুবাক ঈশৈ শৈশক।

শ্রীজয়দেব কবিগী শৈরেং দশ অবতার অমসুং রুপবর্ণনবু শ্রীজগন্নাথ দেবদা কচ্চববু জোয়দেব কৌই। শৈশক অসি নিপা ঙাক্তনা শকই। মসিগী মতুং প্রার্থনা শক্লকপদা নুপীশিং য়াওরক্তুনা মন শিক্ষা  তারগা ঈশৈগা শাগোন্নবা চালি জগোয় খোঙলোন খুৎলোন কৎলগা নিত্যাইবোত তা লোইশিল্লী। হরি শয়ণ নুমিত্তা ''জয় ভায়'' লৌরগা রথ যাত্রাগী জোয়দেব সংকীর্ত্তন লোইশিল্লী।

খুবাক ঈশৈ শৈশক অসিনা জোয়দেব হৌদ্রিঙৈদা শকনৈ। অদুবু করিগুম্বা মতাংদা জোয়দেব শৈশক দশ অবতার রুপ বর্নন লোইবগা খুবাক ঈশৈ শৈশক কচ্চবসু চৎনৈ। জোয়দেবনা নিত্যাইবোত লৌখ্রবদি করিগুম্বা শৈশক অমত্তা নুমিত্তুগী ওইনা মখা চথ্থবা য়াদ্রে হায়না গুরুশিংনা থম্বীরম্মী।

খুবাক ঈশৈগী রসদি মাথুর রসনি। রস অসিমক্তি শ্রীচৈতন্যা মহাপ্রভুনা নীলাচল ক্ষেত্রদা শ্রীজগন্নাথগী রথ যাত্রা থৌগল য়াওজরুবদা ভবাবেশ ওইবীদুনা ব্রজলীলা নিংশিংলকখি।

শ্রীরাম-কৃষ্ণ মচিন মনাওনা অক্রূরগী রথদা ব্রজবৃন্দাবনদগী মধুপুর লেংবগী মতাংদা ইবেম্মা শ্রীমতি রাধিকানা শখিশিংগা লোয়ননা ইবুংঙোগী রথ খামজবা, উপাই লৈজদ্রবী ইবেম্মনা দশমিদশা তাহৌবা অদুদা য়ুম্ফম ওইরগা গুরুশিংনা শেম্বীখিবনি।

শ্রীজগন্নাথ দেবগী রথযাত্রাগা মরি লৈননা পাঙথোক্লিবা অখন্নবা শৈশক খুবাক ঈশৈ হায়বসি নট সঙ্কীর্ত্তনগী মনুং চন্বা ওইজরগসু মসিদা খুবাক ঙাক্তনা তান থারগা চোলোম অভিনয় কয়া কৎনরিবসি শৈশকসিগী রসদা য়ুম্ফম ওইবনি। শৈশকসিদা গুরুশিংনা কৎপীরম্লিবা চোলোম অভিনয় অমসুং তাননচিংবা মখলশিং অসি শ্রীমতি রাধিকানচিংবী ব্রজগোপীশিংনা অক্রূরগী রথ খাম্বা মতমদা ওইখিবা শত্তম ইবেম্মশিংগী শম্লাংনা চাকাদা য়েৎখিবা, শগোল চুপ্লী ফাখিবা, গোপীশিংনা কোয়না চেন্দুনা রথ মমাংদা থৎখিবা মতৌগা চাননা গুরুশিংনা কৎপীরম্বনি। মসিগা লোয়ননা রসগা চানবা শৈহেক শৈদা, চোলোম অভিনয়দা তানগোন্নবী-শৈগোন্নবীনচিংবা কয়া অমসু শেমদুনা কৎপীরম্মী। মসিনা সঙ্কীর্ত্তনগী মনুংদা খুবাক ঈশৈবু তোপ তোপ্পা মশক অমা ওইহল্লী।

খুবাক ঈশৈ শৈশক্কীদমক ফিজেৎ লৈতেং অখন্ননা শেম্বীরম্মী। নুপাগী খুবাক ঈশৈদি পালা পূম্নমক ফৈজোম কুঞ্জা তুংদ য়েপখৎলি। পূং য়ৈবসু কুঞ্জা থাদদে, তুংদা য়েপখৎলি। পূং য়ৈবা ঈশৈ শকপা পূম্নমক কোকয়েৎ সলাই মচা য়েৎলি। লেংয়ানফিদি অঙম্বা কৎপা চৎনৈ। নুপা খুবাক ঈশৈগী মথংদা নুপী খুবাক ঈশৈ কৎনরকখি। নুপা খুবাক ঈশৈগী মথংদা নুপী খুবাক ঈশৈ চৎনরক্লবদা কৎলিবা ঈশৈগী রস, তাল, চোলোম অভিনয়দা খেন্নবা

মশক থোক্লকখি। নুপা খুবাক ঈশৈদনা অকন্বা তাণ্ডব লক্ষণগী চোলোম কয়া কৎনরবসু থোৎপা মেঙবা, ব্রজগোপীশিংনা ইবুংঙোগী রথ খামজবগী মওং মতৌ ফোঙদোকচবা শাথেক খুৎথেক অভিনয় (মোৎ থোকপা) চোলোম কৎলকপদদি নুপী খুবাক ঈশৈনা ভাবকশিংদা হেন্না প্রেম পোকহনবা নীংথিজবা মওং কয়া ওইরকখি। অসুম্না রথ যাত্রা উসবতা খুবাক ঈশৈ সঙ্কীর্ত্তন খম থেংনা চাওখৎলক্লবা মতমদা নুপা মচা, নুপী মচাগী খুবাক ঈশৈ পালা, শারী পালা, জয়পুর পালা অমসুং গুলাপ মচুগী ফৈজোম শেৎপা পালা অসিনচিংবা মখল কয়া গুরুশিংনা শেমগৎপীরকখি। পুন্নমক শ্রীভগবানগী লীলা রসদা ভক্তশিংনা কৎচবনি। শ্রীজগন্নাথ বলভদ্র অমসুং সুভদ্রানা পেনবিনবগীদমক্নি। ইবুংঙোদা চঙজবনি।

মণিপুরী নট সঙ্কীর্ত্তনগী পুক্কে চোনবা শৈশকশিংগী মনুংদা ঋতু পর্ব্বদিনগা মরি লৈনবা শৈশক কয়াগী মনুংদা খুবাক ঈশৈ সঙ্কীর্ত্তনগী অখন্নবা মফম লৈজরকই। অদুবু মণিপুরদা মতমগী য়াওন সমাজগী ফিভমনা অসিগুম্বা নিংথিজরবা নট সঙ্কীর্ত্তনগী ঋতু পর্ব্বদিনগা মরি লৈনবা শৈশকশিং অসি তপ্না তপ্না মরাই চাইথরক্নি। হৌজিক্কী অমসুং তুংগী মীরোন্না অসিগুম্বা ঋতু পর্ব্বদিনগা মরি লৈনবা নট-সঙ্কীর্ত্তনগী শৈশক মখলশিংদা লৈজরিবা তোপ তোপ্না নিংথিজবশিং অমসুং মসিগী শাস্ত্রীয়তা কনবা হায়বসি তঙাইফদবনি।

# খুবাক ঈশৈ শৈশক শৈরেং

## খুবাক ঈশৈগী রাগ পুঙলোন

মাত্রা ৮ তাঙ্গা ১ ফাক-১

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| + | | | | ০ | | | ত্র |
| খিৎ | – | – | – | তাৎ | – | – | – |
| গ্র | ঘিন | গ্র | ঘিন | ধিন | – | তেন্তা | তেন্তা |
| তাং | ঃতাং | ঃতা | তঃ | তাং | – | তেন্তা | তেন্তা |
| তাং | ঃতাং | ঃতা | তঃ | তাং | – | তেন্তা | তেন্তা |
| তাং | ঃতাং | ঃতা | তঃ | তাং | – | – | – |

মখাগী পুঙলোন অসিদা পুঙ য়েবনা মন্দলি কোইদুনা চৎলগনি।

(মশিং-নাইদে)

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তেন | তঃ | ত্রখ্র | তেন্তা | খিৎ | তা | তঃঘিন | থেন |
| ঘিন | তঃ | ত্রখ্র | তেন্তা | খিত্তা | তেন | তঃ | – |

(অনিরক হায়গনি)

মখাগী পুঙলোন অসিদা পুঙ য়েবনা মন্দলিদা মাইওন চুম্না ওনশিল্লবা মতুংদা য়েগনি।

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| + | | | | o | | | |
| তেন | ধিন | তেন | ধিন | তেন্তা | তেন্তা | তেন্তা | তেন্তা |
| তেন | ধিন | ত্রখ্র | তেন্তা | খিত্তা | তেন | তঃ | — |
| + | | | | o | | | |
| তেন | ধিন | তেন | ধিন | তেন্তা | তেন্তা | তেন্তা | তেন্তা |
| তেন | ধিন | ত্রখ্র | তেন্তা | ঘিন্তা | তেন | তঃ | — |
| — | — | — | — | — | — | — | — |
| + | | | | o | | | |
| খর | খ্রাং | — | ঘিন্ন | ঘ্রাং | — | — | — |
| খিৎ | ঃতাৎ | — | তঃ | ঘিন্ট | তা | তঃ | — |
| ধিন্ট | তেন্তা | তেন্তা | তেন্তা | তাৎ | ত্রখ্র | তেন্তা | খিত্ত |
| থেন | — | — | — | — | — | ধে | ধে |
| ধেন | ত্রখিৎ | ঃতঃ | ঘিন্ত | তাং | — | ধে | ধে |
| ধেন | ত্রখিৎ | ঃতঃ | ঘিন্ত | তাং | — | ধে | ধে |
| ধেন | ত্রখিৎ | ঃতঃ | ঘিন্ত | তাং | ত্রখিৎ | ঃতঃ | ঘিন্ত |
| তাং | ত্রখিৎ | ঃতঃ | ঘিন্ত | তাং | — | ধে | ধে |
| ধে | — | — | — | তঘিন | তঘিন্ট | ঃতঃ | ঘিন্তা |
| তাং | — | — | — | — | — | — | — |

## ঈশৈগী আলাপ রাগ হৌরগনি

### গুরু বন্দনা

অন্তরযামি ওইনা মনুংদা

আর্চায্য ওইনা মপান্দা

শ্রীকৃষ্ণনা ঙান্নিরিবা
শীক্ষ্যা গুরু
দিক্ষ্যা গুরুগী চরন্দা
হন্না হন্না খুরুমজরি ।

## দশ অবতার

তালঃ– মেনকুপ (অথুবা)
মাত্রা-৬, তাল্লা-১ ফাক-১
থোংবম ওজা মুনানগী

বেদবু কল্লে, জগৎপুরে নঙ্গন্দা
পৃথিয়াতন্না লৌখৎলে, হিংচাবা হাৎলে
শোল তৌরে বলিদা, লমহেন্বা ক্ষেত্রি মাংহল্লে
রাবন হাৎলে, ওইরে হলধর, হিংশা তৌদবা শন্দোক্লে
মলেচ্ছ মাংহল্লে, তরাশুনা শায়োনবা
শ্রীহরিবু খুরমজে ।।

## দশ অবতার

খাঙেনবম ওজা গুলাপীগী

শ্রীহরিনা শ্বাইগী অহান্বনি ।
মীন, কচ্ছপ, শুকর নরহরি,
বামন ভৃগুপতি রাম,
হলধর বুদ্ধ কলকী

## গীত

তালঃ– তাঋপ, মাত্রা-৮,
তাল্লা-১ ফাক-১

হেক হেক শুম শুম
ধর্ম্মনা লৈখা তাথ-মাংথরক্লবা
ধর্ম্মবু য়োক্লবা বৈষ্ণব কন্নবা
পাপী মাংহন্নবা শায়োন্বা ।।
নয়াথংনি তাকপিখিবনী,
ননাই পান্দব আৰ্জ্জুন্দনি ।।
যুগ যুগ খুদিংগীনি
লেংদ্রবা নয়াথং পাওতাক্লী
শ্রীমদ্ভাগবত গীতানী
জগত্তা ফাওরিবা খুদমনি ।।
মশিং লাকঙমদ্রবা শায়োন্নী
হৌবা লোম্ব নহাক্লী
শৃস্তি প্রলয়সু নহাক্লী
পুন্নমকসে নহাক্লি, জগৎ পুন্নমকসে নহাক্লী
শায়োন তরাদং শৈশকপনি
লীলাগী শায়োন শক্তম্নি ।।
জয়দেবনা লোৎলম্লবা
সুকদেবনা পাম্মুজবা
হা গৌর নুংশিজবা
চান্বীয়ু ননাইনী চংজরিবা- ।।

## ব্যাখা

হে ইবুংঙো অবতার তরা অসি নংগী অংশকালা ঙাক্তনি। ইবুংঙো নংদিনে পুর্ণ ভগবাননি অবতার পুম্নমক্তগী পুমহেন হেনবনি।।

**মখাসিদি ওজা থোংবম মুনানগী পরিংনি।**

## গৌরচন্দ্রিকা

### ঈশৈ

**তালঃ– তাঞ্চপ, মাত্রা-৮,**
**তাল্হা-১ ফাক-১**

কৌজরি ইবুংঙো গৌরহরি
থৌজানগী মপুনি নংদি চান্বীযুনে ইবুংঙো।
ভোজোন শাধন খংজদে
সেবা ভক্তি হৈজদে
কৎচরি প্রেম ভক্তি-।
পাম্বোম ৰাংনা থাঙ্গৎতুনা
হরি হরি শোন্বীররো
তোল্লবা জিব লান্বীররো।
ঐগী হৃদি মন্দিরনুংদা ঙান্বীররো ইবুংঙো।
নংগী নাম নংগী নগুণ শকপী শোন্বীররো
গৌর হরি ইবুংঙো।
সংকীর্ত্তনগী ময়াইদা নংগা থানদ্রবা
গৌর নিত্যাই গদাধর লোয়নদুনা ঙান্বীররো।।

## গৌরচন্দ্রিকা

তালঃ– তাঞ্চপ

ঙাঙ্গোইবীররো সংকীর্ত্তনগী ময়ায়দা
হে গৌর হরি ।।
জগোয় শাবীররো, নংগী নগুণ শকপিররো,
হে ইবুংঙো ।।
ভজন সাধন খংজদ্রবী তোল্লবী ননাইনা
পুজা কৎচগে শ্রীচরন্দা,
প্রেম্না চন্দন ওইদুনা ।।
হায়নৈনে জগৎকি জিবনা, গৌরহরি নহাকসে,
থৌজালগী মপুনি হায়না
ননাইনা তাজৈনে ।।
তোল্লবা জিবগী মফমদা, ভক্তি প্রেমসু পিবীয়ু,
হরিনাম য়েনবীদুনা
জিব পুন্নমক লানবীয়ু ।।

## গৌরচন্দ্রিকা

তালঃ– তাঞ্চপ

ঙাঙ্গোইবিররো সঙ্কীর্ত্তনগী ময়াইদা
হে ... গৌরহরি ।।
ভোজোন সাধন খঙজদে সেবা ভক্তি হৈজদে
কচ্চরি প্রেম ভক্তি ।।
পাম্বোম ৱাংনা থাঙ্গৎতুনা হরি হরি শোনবিররো
তোল্লবা জীব লানবিররো ।।

## ব্যাখা

নাহং বসামি বৈকুণ্ঠে যোগীনাং হৃদয়েনচ।
মদ্ভক্তা যত্র গায়ন্তি তত্র তিষ্ঠামি নারদ।।

**পদ্ম পুরান।**

হে দয়াময়, প্রভু নহাক্তি বৈকুণ্ঠদসু লৈতে, যোগীশিংগী থম্মোইদসু লৈতে।। নহাক্কী নুংশিজরবা ভক্তশিংনা, নংগী নামতবু শক্লিবা শোল্লিবা মফমদা লেংদনা লৈ'' হায়না নারদগী মফমদা তাকপিখিবদাই। ইবুংঙো, তাকপিখিবা মতুং ইন্না, ননাইনা সংকীর্ত্তন হৌজরে, লেংশিনবীরক্লো ইবুংঙো।। নহাক্লা লেংশিন্বীরক্কদবা মফমদি।

## ঈশৈ

**তালঃ– মেনকুপ (অতপ্পা)**

ঐগী থম্মোই পীঠদা, থম্মোই মনি মন্দির নুংদা,
হৃদি সিংহাসন মথক্তা, অমুক্তা ঙান্বীররো।
ব্রজ লীলা মতমদা, কদম মখোঙদা ত্রিভঙ্গ শাদুনা,
রাধা রাধা হাইদুনা, বাঁশি খোংবগুম্না।
পুক্লিং কদম মখোংদা ত্রিভঙ্গ শাদুনা,
রাধা নামবু শোন্বীররো।

হাইনৈনে নংদি ব্রজগী শ্যামনি,
শ্রীরাধিকাগী মবুংঙোনি।।
রাখল অহুম পাংথোক্কে হায়না,
নদিয়াদা ঙান্বিররে।।

গৌর ওইদুনা ত্রিভঙ্গ শাবা কিরবরা,
কিরুনু কিরুনু অমুবনা অঙৌবা ওইবতনি
নংসে ব্রজগী খুদমদি লোইনা লৈরেনা ।।

তালঃ– মেনকুপ (অথুবা)

ব্রজদা ঙাল্লম্বা অমুবা থা
নদিয়াদা ঙাল্লরে অঙৌবা থা ।।
খেন্নদে খেন্নদে শচিগী মচা,
যশোদাগী মচা ।

## গীত

তালঃ– মেনকুপ (অথুবা)

হন্না হন্না কৌজরি ননাইনা,
সংকীর্ত্তনগী গুরু ওইবা,
ইবুংঙোনা যন্ত্রনি,
ননাই ঐখোয়না যন্ত্রিনি,
যন্ত্র ওইবা ইবুংঙো
লেংবীরক্কুনা খোংবীররো সংকীর্ত্তনদা ।।

## গীত

তালঃ– মেনকুপ

গৌরনিত্যাই অনিনা য়ুম য়ুমদা চংলদুনা,
হরি নাম্বু পিবীরি ।।
পাপী পাষণ্ডী কয়া নামামৃত খিকপিরি

জিব পুম্বা লান্বীরি ।।
ধ্রুব, নারদ, প্রহ্লাদনা
ফংঙমদ্রবা ব্রজ প্রেম,
মমল য়াওদ হোংনা হোংনা পিথোক্লি ।
যতন তৌনা লেংলবা,
হরি নামগী মালা,
জিবগী ঙকশমদা শিবিরি ।।

## ব্যাখা

শ্রীধাম নবদ্বীপ অসি দ্বীপ মাপননা লৈতেংবনি । দ্বীপশিং অদুদিঃ– ১) অন্তর্দ্বীপ, ২) সীমন্তদ্বীপ, ৩) গোদ্রুমদ্বীপ, ৪) মধ্যদ্বীপ, ৫) কোলদ্বীপ, ৬) ঋতুদ্বীপ, ৭) জনহ্নুদ্বীপ, ৮) মোদদ্রুমদ্বীপ, ৯) রুদ্রদ্বীপ । অসিগুম্বা নবদ্বিপ অসিগী মনুংদা ময়াপুর কৌবা অমা লৈ । ময়াপুর অসিগী ময়াইদা কল্প বৃক্ষ অমা হৌরি ।। হৌরিবা কল্প বৃক্ষ অসিদি য়াম্না মগুণ লৈবা, নিদনা পিগন্বা, হাইজদনা চান্বীবা কল্প বৃক্ষনি । করি লমদগীনো, কনানা পুরকপনো ?

## গীত

তালঃ– তাঞ্চপ

হৌরিবা কল্প বৃক্ষসে
কদাইদগী চারনো,
কনানা পুরক্কুনা থারম্বা বৃক্ষনো ।।
বৃন্দাবনদগী চারনি,
অদ্বৈতনা পুরকপনি,

ময়াপুর ময়াইদা, যতন তৌনা থাবনি ।।
মউ অমত্তনি মশা মঙা লোংবনি,
মনানা মাপন পান্বনি, মহৈনা মঙা শুবনি ।
হৌরিবা কল্প বৃক্ষসে মগুণ খংজনিংবা
মুনি ঋষি কয়ানা অরাম খৌরাং থাদোক্কুনা,
থিজরি অতৎপা লৈতনা ।।
মহৈ অমত্তং ফংজবদা,
লানঙমদ্রবা সংসার ঈপাক,
লাইনা লানথোকপা ঙম্বনি ।।

## ব্যাখা

নদিয়া নাগরি পুম্নমক্কা শ্রীগৌরাঙ্গবু উজবদা নাগরি পুম্নমক ঙাওদবা লৈতে । য়েংলিবা মখৈ পেন্দে, য়েংনিংদুনতা লৈ । যুমদা হনগনি হাইবা কাওখ্রে । সংকীর্ত্তন তৌরিবা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুবু উবদা নাগরি অমনা হাইরকই ।

## গীত

তালঃ– তাঞ্চপ

মাইথোং মোমোন মীৎয়েং মিনোক
ওইররে নাগরি ফান-লাং ।।
খোই খোই মীৎচি মীৎয়েং,
খোই খোই মীৎচি তেল্নি,
ওইররে নাগরি ফান-লাং ।।
পুম বুম পান্বোম খুবোম
শাজৎ শাথেক শানোম

খোংথাং শাথেক নোম নোম নোম।
খল্লু খল্লুরগা খোইরাংই
সেম্লম্বা মাবুদুম শাওনিংঙি নোংদম্বা।।
মীৎতানে নাতানে মীৎয়েংনে নায়েংনে
ঐখোয় করম খাংসিবা।।
সেৎলি মখৈ চিনলী মখৈ,
য়াল্লি মখৈ পকচৈদা।। মীৎতানে ...

## ব্যাখা

অসুম্না নাগরিশিংনা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী রূপ গুণবু থাগৎচৈ। শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভু ব্রজগী পেম্না ঙাওরক্লে। ইবুংঙোদি ব্রজগী ৱাখন্দতা খনজরিবা গৌরাঙ্গ প্রভুনি। সংকীর্ত্তনগী ময়াইদা লৈনা থেক্লা জগোই শারক্লে। মসিবু উবদা সিতানাথ অদ্বৈত প্রভুনা ইবুংঙোগী শাজৎ, শাথেক, ৱাখল য়েংজরগা পুঙলোন্না থৌগনজরকই।।

## গীত

তালঃ- তাঞ্চপ

পুঙলোন য়ৈরকলে সিতানাথ অদ্বৈত প্রভুনা
শাথেক খোংলোনগী মতুং ইন্না,
তান চানা চোংনা চোংনা,
ধা ধা তেন তাং খিৎ তখিৎ তেনতা
তৎতা খিৎতা ঘিন্ন ঘিন্ন ধে।
ভক্তি প্রেমতনা ইথক হৌরে
চরণ তম্না চেল্লে
ইথক ইপোমগী মরক্তা তাওখরে।

# চোলোম পুঙলোন

## অহানবা

### (অনিরক হায়গনি)

**মাত্রা-৮, তাল্লা-১, ফাক-১**

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| + | | | | ০ | | | ঘিন্নগ্র |
| ধিন | – | – | ঘ্রৎ | – | ঘ্রৎ | ধেন | ঘিন্ট |
| – | তৎ | তৎ | তঃ | – | তৎ | তৎ | তঃ |
| ধন্ট | তেন | তঃ | ঘিন্তা | তৎ | তেন | তঃ | ত্রখ্র |
| তৎ | তেন | তঃ | ঘিন্তা | ধৎ | ধেন | ধৎ | ধেন |
| ধিন্ট | – | – | তেন | – | তেন | তঃ | ঘিন্নগ্র |
| ধিন | ধেন্তা | তঃঘিন | ধেন্তা | তঃঘিন | ধেন্তা | তঃঘিন | ধেন্তা |
| ধেন | – | তৎ | – | তঘিন্নাং | – | – | ঘিন্নগ্র |

(অনিরক হায়গনি)

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| + | | | | ০ | | | |
| ঘিন্তা | তেন্তা | খিত্তা | তেন্তা | খিত্ত | তঘিন্ট | তত্ত | খিত্ত |
| তঃঘিন | ঘিন | তঃঘিন | ঘিন | তঃঘিন | ঘিন্তা | ঘিন | খ্রখ্র |
| তঃঘিন | ঘিন | তঃঘিন | ঘিন | তঃঘিন | ঘিন্তা | ঘিন | – |
| ধিন্ট | তেন | তঃ | তেন | তঃ | ধেন | ধিন | ধেন |
| ধিন্ট | তেন | তঃ | তেন | তঃ | ধেন | ধিন | ধেন |
| ধেন | – | তৎ | – | তঘিন্নাং | – | – | ঘিন্নগ্র |

## মখাদা মেনকুপ অথুবগী সঞ্জদা য়ৈগনি।

**মাত্রা-৬ তাঙ্খা ১ কাক -১**

**(অনিরক হায়গনি)**

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| + | | | o | | |
| ধিন | – | থেন | তা | থেন | – |
| তা | থেন | – | তঃ | – | – |
| – | – | থেন | তা | থেন | – |
| তা | থেন | – | তঃ | – | – |

**মখাগী অসিনা মাত্রা-৮ তাঙ্খা ১ কাক -১**

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| + | | | | | | | |
| – | তাং | ঘিন | ধেন | ঘিনঘিন | তঃঘিন | ধেন | – |
| – | তাং | ঘিন | ধেন | ঘিনঘিন | তঃঘিন | ধেন | – |
| - | – | তৎ | – | তঘিন্নাং | – | – | – |

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| + | | | | o | | | |
| খিৎখিৎ | ঃখিৎ | তঃঘিন | ধেন্তা | ঘিন্নগ্র | ধেন্তা | ঘিনঘিন | তৎ |
| ধিন্ট | তথেন | ঃতা | থেন | তঃ | খিৎ | তা | থেন |
| তঃ | তথেন | ঃতা | থেন | তঃ | খিৎ | তা | থেন |
| ধিন্ট | তথেন | ঃতা | থেন | তঃ | খিৎ | তা | থেন |
| তঃ | তথেন | ঃতা | থেন | তঃ | খিৎ | থেন | – |

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| + | | | | o | | | |
| তঃখিৎ | তঃখিৎ | তঃঘিন | ধেন্তা | তঃখিৎ | তঃখিৎ | তঃঘিন | ধেন্তা |
| ধিন | ঃধেন | – | তা | তঃ | – | – | – |

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তঃখিৎ | তঃখিৎ | তঃঘিন | ধেন্তা | তঃখিৎ | তঃখিৎ | তঃঘিন | ধেন্তা |
| ধিন | ঃধেন | – | তা | তঃ | – | – | – |

মখাগী পুঙলোন অসি মশিং নাইদে মপুঙ য়ৈরম্লগা মখাদা য়ৈনিংবা
অচোয়বা অমা য়ৈরগা ঈশৈ মখা তাগিনি

**পুঙলোনঃ–**

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধিন্ট | তথেন | ঃতা | থেন | তঃ | খিৎ | তা | থেন |
| তঃ | তথেন | ঃতা | থেন | তঃ | খিৎ | তা | ধেন |

**তালঃ– তাঞ্চপ**

মাগী ফিরেপ শাথেক,
চাংদম্লিংঙাই লৈরোইনে ইতা।
উদরে লৈজবা ঙমদ্রে,
উরুরে জ্ঞান মাংই।
কোইরপ তাবা মাইথোংদা
কোনলপ তাবা পিশুমসিনা,
কামগী লিরুং ওইরদুনা,
থম্বালবু ঙমজবা মিৎচিশিনা,
কামগী তেনজিন ওইরদুনা,
পাল্লরে ঐগী হৃদিদা।।
প্রেম ভক্তি ইথক হৌরে,
নয়ন্দা প্রেম শিন্থরকলে।।
ভোজো রাধা রাধা।।
অদ্বৈত প্রভুনা পুঙলোন য়ৈরকলে,
ধিক ত্বাং ধিক ত্বাং হায়না।।
শারি জগোয়, মমাংঙৈ কালিগী কোকথক্তা

নেৎতুনা শাখিবা জগোয়,
অদুগুম্না গৌরনা শারি জগোয় ।।

## ঈশৈ শরা–

ইবুংঙো শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা চহি কুনগমরিগী মতুংদা সন্ন্যাস লৌরবদা নিলাচন্দা লেংঙকলে ।।

## গীত

**তালঃ– দুইতাল**

কৃষ্ণ চৈতন্য ইবুংঙোনা
রথগী মাংদা লেপ্লরে,
ভক্তশিংগা লোয়ননা ।।
জগবন্ধুবু দর্শন ফংলে,
হিক্রা হিক্রা কপ্লক্লে,
নয়ন্দা প্রেম শিন্থরক্লে ।।

**এক তাল, মাত্রা-১২**

ব্রজ প্রেম্না ঙাওরক্লে,
ভাবকী থম্বাল শাৎকাইরে,
ভক্তনা খোয়মু ওইরদুনা
থম্বালগী রস চুপচরি ।।
পাম্বোম ৱাংনা থাঙ্গৎলে
কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লক্লে,
খংহৌদনা ৱান্থখরে,
প্রভু মুর্চ্ছা ওইখরে ।

## ব্যাখা

শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা চেতন ওইরবদা, বলধদ্র সুভদ্রা, জগবন্ধুনা থা কোটিগুম্না ঙান্বদো উজবদাঃ–

## গীত

তালঃ– মেনকুপ (অথুবা)

কয়া ভাগ্য লৈবা রাজা ইন্দ্রদ্যুম্ন
দারুকব্রহ্ম জগন্নাথ রথ যাত্রা তৌরক্লে
ভক্তশিংনা মশিং নাইদ্রে,
পাম্বোম ৱাংনা জগোই শারে,
আরতি কৎলে শঙ্খ ধ্বনি তৌরক্লে।
ধুপ মৈখু মরক্তা কর্পুর বর্ত্তীনা ঙাল্লে।
মরক মরক শঙ্খ ধ্বনি, মরক মরক জয় ধ্বনি,
শেংলবা কীর্ত্তন ধ্বনি স্বর্গ য়ৌনা কাখরে।
কাংগী থৌরি পায়রদুনা ভক্তশিংনা চিংলক্লে,
জয় জয় জগন্নাথ প্রভু জগন্নাথ ।।

## ব্যাখা

প্রভুনা পাম্বোম ৱাংনা থাঙ্গৎতুনা জগোই শানা শানা জগবন্ধু দর্শন তৌরম্বদগী রথনা চৎলকপা উবদা, মমাংঙৈদা অক্রুরনা শ্রীবৃন্দাবন্দা বলরাম কৃষ্ণবু রথতা পুখিবা শ্রীমতি রাধিকানা দশমী দশা তাখিবা নিংশিংলক্তুনা নয়ন্দা প্রেম ধারা শিন্থরক্লে, সাত্ত্বিক বিকার ফাওরক্লে। শ্রী অঙ্গ নিক্লক্লে। খংহৌদনা মুর্চ্ছা ওইদুনা লৈপাকথক্তা তুখরে।

মদুদি পাপিবু সংহার তৌহল্লগে হায়দুনা নারদগী খুজিন্দগী দৈত্য নিংথৌ কংশনা ধর্নুযজ্ঞ তৌবা তারবদা অক্রুর বৈষ্ণবপু বলরাম কৃষ্ণ নিমন্ত্রন তৌবা শ্রীবৃন্দাবন্দা থারকই।

## গীত

তালঃ– তাঞ্চপ

### ঈশৈ পুংলোন শৈগোন্নবী

**ঈশৈঃ–** দোলাই থৌরক্লে অক্রুর বৈষ্ণবনা
কংশগী য়াথং পুদুনা

**পুঙলোনঃ– মাত্রা ৮, তাল্লা ১, ফাক ১**

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| + | | | | o | | থেন | তা |
| ধিনঘিন্তা | ধিন্ট | ধেন | – | – | – | তেন্তা | থেন্তা |
| ধিনঘিন্তা | ধিন্ট | ধেন | – | – | – | – | – |
| ধিন | থেন | তঃ | থেন | তঃ | ঘিন্নগ্র | ধিন | ধেন |
| ধিন্ট | তত্ত | তঃ | তত্ত | তঃখিৎ | তাধেন | তঃঘিন | ধেন্তা |
| ধিনঘিন্তা | ধিন্ট | ধে | – | – | – | – | – |

**ঈশৈঃ–** শগোল চুল্লী কোমগোম থা,
খুৎতা শাজৈ হাইগৎতুনা
নুংশিৎকি মাং থাদুনা।

**পুঙলোনঃ–**

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধন্ট | ঃত্র | খিৎ | তা | খিৎ | খিৎ | তাং | – |
| খিৎ | ঃতা | তেন | তাৎ | তেন্তা | তেন্তা | তাং | - |

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধিন্ট | তত্ত | তঃ | তত্ত | তঃখিৎ | তাধেন | তঃঘিন | ধেন্তা |
| ধিনঘিন্ত | ধিন্ট | ধেন | – | – | – | – | – |

ঈশৈঃ– রথনা কন্না চেল্লকপা
কাংগী চকাগী খোঞ্জেলনা
গে গে গদ গদ গেগে হায়দুনা
শগোলনা খোঙথাং তপলপ তপলপ থাংই।

পুঙলোনঃ–

| + | | | | o | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তাৎ | তেন্তা | তেন | তাং | খিৎ | তাৎ | ধেন | – |
| তেন | ঃতা | তেন | তাৎ | তেন্ত | তেন্ত | তাং | – |
| ধেৎ | – | ধেন | – | ঘিন্তৎ | ঘিন্তৎ | ধেন | তাং |
| তৎ | ধিন | ধেন | – | – | – | তৎ | থ্রাং |
| ধিন্ট | তত্তৎ | ঃতৎ | তৎ | তঃখিৎ | তাধেন | তঃঘিন | ধেন্তা |
| ধিনঘিন্ত | ধিন্ট | ধেন | – | – | – | – | – |

ঈশৈঃ– পাইবগুম চেল্লক্লে শগোলগী খোঙথাং উখিদরে,
গদক গদক গদক গদক গে গে গদক গদক
হায়বগী খোঞ্জেলনা পুমনিল নিল্লে।

পুঙলোনঃ–

| + | | | | o | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| – | তাং | – | তাং | খিৎ | তাৎ | ধেন | – |
| তাৎ | তেন্তা | তেন | তাং | খিৎ | তাৎ | ধেন | – |
| ঘিন্ত | খিত্ত | খিত্ত | খিত্ত | থেন | – | থেন | – |

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ঘিন্ন | থৎ | – | ঘিন্ন | থৎ | – | থেন | তা |
| ধিন্ট | তত্ত | তঃ | তত্ত | তঃখিৎ তাধেন | | তঃঘিন | ধেন্তা |
| ধিনঘিন্ত | ধিন্ট | ধেন | – | – | – | – | – |

## ব্যাখা

অসুম্না অক্রুর শ্রীবৃন্দাবন য়ৌরক্লে। রথ খাম্মি। রথতগী কুমথদুনা শ্রীবৃন্দাবন দন্দবত ভক্তি কৎচরে। বৃন্দাবনগী ফজরবা নুংশিরবা কেসি ঘাট, বঁশি বট, নিভৃত্ত নিকুঞ্জ, যমুনা উবদা নয়ন্দা প্রেম ধারা শিন্থরক্লে, হিক্লা হিক্লা কপ্লদুনা।

## গীত

**তালঃ তাঞ্চপ**

জয় বৃন্দাবন ভক্তশিংগী
দরশনগী ধ্যানগী ধাম ওইবা।
বৃন্দানা শেমজবা স্বগগী তুলসিবন,
শ্রীরাধা কৃষ্ণনা তত্তনা শান্নবা।
সরোবর গঙ্গা উপবন্দা,
শ্রীনন্দ নন্দনগী খুদম লৈরিবা।
কুঞ্জ কুঞ্জ নিকুঞ্জ মন্দিরদা
ঋতু তরুক্লা থৌগঞ্জরিবা।
কুণ্ড কুণ্ড রাধা কুণ্ডনা ফজরিবা,
শ্রীগোবর্ধন্না চিক্লা পুক্লিং হুরিবা।
যমুনা ইথক্লা প্রেমগী ইপোম হৌরিবা,
গ্রাম গ্রাম্না কয়া নিংথিজরিবা।

শ্রীরাস মণ্ডলদা গোপীকাশিংনা পেঞ্জবা,
ভগবতিনা নিতি ভজন কচ্চবা।

## ব্যাখা

অসুন্না অক্রুর বৈষ্ণবনা বৃন্দাবনবু হন্না হন্না খুরুমজৈ। অসিগী তুংদা অক্রুর রথ অমুক থৌরক্লে। নন্দগী সঙ্গাই য়ৌরক্লে। নন্দ মহারাজ অমদি রাম কৃষ্ণ অনিগী মফমদা কংশ নিংথৌনা পীরকপা ধনুর্যাগ যজ্ঞগী নিমন্ত্রণ কৎলে। পাও অসি কনানা হেক তারবগে হায়বদা, ললিতানা তারদুনা মবেম্মগী নাক্তা চেল্লক্কুনা পাও অসি তমজৈ। ইবেম্মনা লেংলম্বা লৈ পরেং খুত্তগী তাখিবা খংহৌদে। সখি পুন্নমক মথং মথং মবেম্মগী নাক্তা চেন্নরক্লে। ঙাইহাক লৈরগা শ্রীকৃষ্ণ কুঞ্জদ্বারদা লেংথোরকই। মতাং অসিদা ইবেম্মনা ইখং খংহৌদনা হাইদোকখি, 'ইবুংঙো, ইবুংঙো, মধুপুরদা লেঙ্গনি হায়বসিবু অচুম্বরা?''

শ্রীকৃষ্ণনা ''কনানা হায়রিবনো রাধে ঐদি শ্রীবৃন্দাবন থাদোক্কুনা খোঙফম অমফাওবা চৎলোইনা''

ইবেম্মা রাধানা-- ''অদুদি ইবুংঙো অক্রুর মুনি লাকপগী মরমদি করিনো?''

শ্রীকৃষ্ণনা-- ''রাধে মরম লৈ। নংনা বীদায় পীরবদি ঐ মধুপুরদা চৎকে।''

মবুংঙোগী য়াথং তাবদা ইবেম্মা হকচাং নিকই। জ্ঞান মাংই, তু চুংই, ইবেম্মগী ভাব অসি ইবুংঙোনা খংলদুনা ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংলমদনা নন্দালয়দা লেংখ্রে। মতুং নোংহেক ঙান্বদা অক্রুর বৈষ্ণব

প্রাপ্ত স্নান তৌরে, ইষ্টদেবগী পুজানচিংবা লোইখ্রে। নন্দ মহারাজ য়েংলগা যাত্রাগী পুংফম ওইরে হায়রকই। নন্দ মহারাজ যসোদা, রুহিনি থম্মোইদদি কপ্পী, মপানথোংদা মোমোন নোক্লা মচাবু ফিজেৎ লৈতেংবী, লোইরে নন্দ মহারাজ অমদি যসোদা রুহিনিবু দন্দবত কৎলমলে হায়রগা হৃদিদা বৃন্দাবনগী কুঞ্জ খুদিংমক, শা উচেক পুম্নমক বিদায় লৌই। রথকী মথক্তা রাম কৃষ্ণ অনি লেংখৎলে। যাত্রাগী জয় ধ্বনি লাওরক্লে, শঙ্খ ধ্বনি খোংলক্লে। মতম অসিদা নন্দালয়দা লৈরিবা জিবা পুম্নমক মীকপ মীরাওখোন্না নিন্নরক্লে। মতাং অসিদা সখি ময়াম ইবেম্মগী নাক্তা চেন্নরক্লে। ইবেম্মা রাধে ইবুংঙো লেংখিদৌরমালে নন্দালয়দা য়াম্না কপ্লরক্লে। লাকও ইবেম্মা ঙমলে ইবুংঙো খামহৌসি, ঙমদ্রে ইবুংঙোগী রথ চাকানা তক্কুনা ঐখোয় পুম্ন মক প্রান থারসি। অসি হায়দুনা সখি পুম্নমক যমুনা মপান তান্না কুঞ্জ কুঞ্জ শমদুনা চেল্লক্লে। পদ্মা সখিনা সখিশিংগী মমাং থানা হান্না চেনখৎখিদুনা মবুংঙোগী রথনা কন্না থৌরকপদু—

শ্রীখাঙেম্বম গুরু গুলাপী সিংহ
এলাং লৈকাই ওঝানা শেম্বীরম্বা

## গীত

**অহানবগী 'পদ' তাল থাদনা ভাঙ্গা/ছারা দা শক্কনি**

**তালঃ তাঞ্চপ**

দোলাই থৌরকপদু উরে,
সোইদ্রে কৃষ্ণ লেংখিদৌরে,
ব্রজসে মমহৌবদা তারে,
হাইনৈ নিননৈ গোপীশিংনা,
লম্বী পুমথন থন্না থৎলেনা।।

দোলাই য়ৌশিনলক্লে লেপ্তবনিনা,
অক্রুরনা মবুংঙোবু য়েংজৈ ইঙক ঙক্লা,
লেপকনু ঈঙ্গিৎ পিরি লীলানা কন্বনা।
করম্নো করম্নো করম থোক্লগবা,
গোপীনা থৱায় থাহৌবা
নত্রগা কৃষ্ণনা ব্রজদা লৈহৌবা,
কংশনা কনানা লান্বীগদৌবা।।

## গীত

**তালঃ তাঞ্চপ**

কাংগী কাংমাং পুল্লাং লাংঙি,
অক্রুরগী পুক্লিং পুমলাং লাংঙি।
শগোলগী চুপলি পাইদুনা খামজৈ,
কাংগী চাকা পাইদুনা য়ানজৈ।
কৃষ্ণসু চিংনা য়েংঙি,
গোপীশিংনসু চিংনা য়েংঙি,
শগোলগী চুপ্লি পাইদুনা খামজৈ,
কাংগী চাকা পাইদুনা য়ানজৈ।
কৃষ্ণগী পুক্লিং লাংতক্লৈ,
গোপী পুক্লিং লাংতকনৈ,
কৃষ্ণনা খল্লি গোপীশিংসে,
থৱাই থাবদা তারবরা,
গোপীনা খল্লি,
ইবুংঙো লেংখিবদা তারবরা।।

# চোলোম পুঙলোন

## অনিশুবা

## (অনিরক হায়গনি)

**তালঃ– তাঞ্চপ**

**পুঙলোনঃ–**

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| + | | | | ০ | | | ঘিন্নগ্র |
| ধিন্ট | – | তৎ | তৎ | – | তাং | তত্ত | খিত্ত |
| তঃ | খিৎ | – | ঘিন | – | তেন | তঃ | – |
| – | ঘ্রৎ | – | ঘ্রৎ | – | ঘিন্ত | তঃখিৎ | তা |
| ধিন | ধেন | – | তা | – | ত্রথ্র | থ্রাং | – |
| – | ঘ্রৎ | – | ঘ্রৎ | – | ঘিন্ত | তঃখিৎ | তা |
| ধিন | ধেন | – | তা | – | ত্রথ্র | থ্রাং | – |
| ধন্ট | তেন | তঃ | ঘিন্ত | তৎ | তেন | তঃ | ত্রথ্র |
| তৎ | তেন | তঃ | ঘিন্ত | ধৎ | ধেন | তঃ | – |
| ধন্ট | তেন | তঃ | ঘিন্ত | তৎ | তেন | তঃ | ত্রথ্র |
| তৎ | তেন | তঃ | ঘিন্ত | ধৎ | ধেন | তঃ | – |
| তঙতাং | ঃতা | খিত্ত | তঃ | ঘিন্নঘিন | – | ঘিন্ট | – |
| ঘিন | – | তৎ | – | তঘিন্নাং | – | – | – |

মখাসিদি থোংবম গুরুগীনি।

**তালঃ– মেনকুপ (অথুবা)**

চেনশিল্লে বৃন্দা রথগী মাংদা থৎলরে।
চিত্রলেখা ইন্দুরেখা দোলাই চাকা য়াল্লক্লে,

সখিশিংগী শম্না চকাদা য়েৎলে।
ললিতা বিশাখা প্রান থাবা কিদরে,
ব্রজগী কল্লবা নুংঙ্রেং চেগাই মরক্তা,
এ ... দোলাই মাঙদা তুররে মীপাইজরে অক্রুর
দোলাই তানখাম খামখরে।।

**তালঃ— তাঞ্চপ**

ব্রজগী থা ওইবা হে ইবুংঙো
লেঙবীখিনু মাধব থাদোকপীনু বৃন্দাবনবু।।
ব্রজ থানা লৈত্রবদি মমহৌবা তারে
ভান্দির বন, তোমাল বন, গীরিরাজ গোবর্ধন
চৌরাস ক্রোস বৃন্দাবনসে
মপু লৈত্রবা বৃন্দাবন ওইরনিনে ইবুংঙো।
কাওবিরবরা মাধব
সুবলগী ফিজেৎ শেত্তুনা
শন্নাওবু থাদা পমদুনা,
ইবুংঙো দর্শন লাকচবা মতমদুদা ৱাখিবদো।
চান্নিয়ু নুংশিবীয়ু ইবুংঙো,
কাওবীরবরা মাধব সুবলগী ফিজেৎ শেত্তুনা।
বাঁশি পাইদুনা ৱাশকপা,
বৃন্দাবন থাদোক্লোই তাকপীবা,
অমুক্ত নিংশিংবীয়ু ব্রজগী থৱাই ওইরিবা।।
ভজন্দা করি কাইখ্রবা,
সেবাদা করি লানখ্রবা,
লাল্লবা খিবিক লৈরবসু
ঙাকপীয়ুনে ইবুংঙো।।

নংগী নাম নত্তনা
শোঞ্জদ্রবী রাধানি
ঐগী কনা লৈজদে
ইবুংঙো নত্তনা ।।
চান্বিরোইদৌবা লৈরবদি
করিগী হিংহনবীরিবা
গোবর্ধন থাঙ্গত্তুনা করিগী কন্বীবা ।

## গীত

তালঃ– চারিতাল

খন্দিতা দুর্জয় মানগী মতমদা,
ননাইনা অপরাধ খনখিবদুগী
লমন শিংগে হায়না মধুপুরদা লেংবীরিবরা ।।
ঙাকপিযুনে ননাইবু
হা ইবুংঙো গোকুলগী থা ওইবা ।।
লংজখিবা তোল্লবীনা,
হা ইবুংঙো গোকুলগী থা ওইবা ।।
পোকপদগী হৌরদুনা
চরন্দা থৱাই কচ্চথ্রবীনি ।।

## গীত

তালঃ– তাঞ্চপ

লেংবীখিনু হে ইবুংঙো বৃন্দাবন থাদোক্কুনা
কৃষ্ণ লৈবনা বৃন্দাবন কৌবনি,
কৃষ্ণ লৈবনা গোপী হিংলিবনি ।।

শ্রীরাস মন্দন ময়াইদা,
রাস লীলা শান্নবা
কাইহনবীনু ব্রজগী মনি ।।
রাসকী মপুনি ইবুংঙো নহাক্তি,
রাস মন্দন ময়াইদা,
রাস লীলা শান্নবা,
কাইহনবীনু ব্রজগী মনি ।।

## ব্যাখা

ইবুংঙো নহাক্কা বৃন্দাবন থাদোকপিরম্লগা লেঙখ্রবদি বৃন্দাবন্না ওইহৌগদবদো অমুক্ত খন্থবীয়ুনে ইবুংঙো।

## ঈশৈ

তালঃ– তাঞ্চপ

বৃন্দাবন লৈররোই, লৈররোই কুঞ্জবন,
পুণ্য ভূমি ওইররোই ।।
ইবুংঙোনা লেংখ্রবদি হিংলরোইদো ব্রজদি,
কালিগী হৃদগী কন্বিরম্বা নহাক্লি।

## ব্যাখা

অসুম্না ইবেম্মা রাধানা কপ্না কপ্না হাইজরম্বদগী মবুংঙোবু চিংনা য়েংজরম্লগা প্রান-নাথ শ্রীকৃষ্ণনা রাধা ঐবু হুন্দোকপীরম্লগা লেংখিদৌরবনি হায়না হেক খল্লুবদা লৈমাইথক্তা ৱাঙ্থখরে। মতম অসিদা ললিতানা ইবেম্মবু চেনশিন্দুনা তম্পাকথক্তা কোনখৎলি।

ইবেম্মগী অৱাবসি উবদা ললিতানা পাপী অক্রুর নং লাকপদগী ইবেম্মগী দশা অসি থোক্লিবনিকো হায়না খন্দুনা অক্রুরবু মুন্না শংত্রিক খানা য়েংলগা।

## ঈশৈ

**তালঃ– মেনকুপ (অথুবা)**

হে অক্রুর চৎপা য়ারোই,
নোকনিংঙিদা মহা বৈষ্ণব,
শাধু বৈষ্ণবপু অদুরা,
মধুপুর বৈষ্ণবতি অসিরা ?
কোক্কী জতা ইঙৌ ঙৌরে,
দ্বাদশ তিলোক্লা ইরং লংলে,
খুত্তা মালা চৎলগা,
চিন্দা হরি শোল্লগা
করিগী হুরানবা শারিবা।।
ব্রজ বৃন্দাবনগী থুপশ্রবা,
থম্মোইগী মনি, করিগী লোন্না হুরান্দুনা পুরিবা,
মাগী মিংতনা মন্ত্রনি,
ব্রজগী থৱাই ওইরিবনি।

## ব্যাখা

হে অক্রুর নহাক্লা ব্রজ বৃন্দাবনগী থৱাইগী থৱাই ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণবু করিগী লোন্না হুরান্দুনা পুরিবা ? মীনা ৱারগা নুংঙাইবা,

মীন ৱারগা পেন্বা নহাকপু করম্বা বৈষ্ণবনো ? নহাক হৌজিক চৎপা য়ারোই। নহাক্কি মতিক চাবা দন্দিদি ব্রজ বৃন্দাবনগী উরি ৱারিনা নহাক্কী নখুৎ অনি অদু চেৎনা পুনশিল্লগা কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিংদা চিংগদবনি। রাধা কুণ্ড শ্যাম কুণ্ড অনিগী ময়াদা কদম পান্বীদা পুন্দুনা থমগদবনি। ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমক্লা লেংথোরকপা খুদিংদা পেন্না পেন্না য়েংনহনগদৌবনি। ললিতাগী ৱাহৈ অসি তাবদা অক্রুর বৈষ্ণব হিক্লা হিক্লা কপ্লদুনা হায়রকই। 'হে ভাগ্যাবতি ব্রজ গোপী ইবেম্মা মদুতা করম্বা কান্দা থোক্কদগে হায়না মতম কুইনা খঞ্জদুনা লৈজরক্লবনি। ননাইগী পাপ চেল্লবা খুৎ অনিসে বৃন্দাবনগী উরিৱারিনা পুন্বিরগা পাপ চেল্লবা দেহে অসিনা ব্রজগী উফুল মরক্তা চিংবীরগা কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিং রাধা কুণ্ড শ্যাম কুণ্ড অনিগী ময়াদা কদম মখোংদা পুন্বিরগা অদুগুম্লবা ফংঙমদ্রবা যুগল রূপতো তত্তনা দর্শণ ফংহনবিয়ুগবা ইবেম্মা''।

## গীত

**তালঃ– তাঞ্চপ**

বৃন্দাবনগী উরি ৱারিনা, পাপ চেন্বা খুৎসে পুন্বিরো।।
ব্রজগী উফুল মরক্তা, কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিংদা,
অমুক্তা চিংবীয়ুনে।।
রাধা কুণ্ড শ্যাম কুণ্ড,
কুণ্ড অনিগী ময়াদা,
কদম মখোংদা পুনবীদুনা,
ফংঙমদ্রবা যুগল রূপ,
অমুক্ত দর্শণ পিবীয়ুনে।। ফংহনবীয়ু।।

## ব্যাখা

অসুম্না অক্রুর বৈষ্ণবনা ব্রজ গোপিগী মফমদা হিক্লা হিক্লা কপ্পুনা হাইজৈ। মতাং অসিদা শ্রীগোবীন্দনা (কৃষ্ণনা) লোন্না ইঙ্গিৎ পি, চৎপা য়ারগনি হায়দুনা। শ্রীকৃষ্ণগী ইঙ্গিৎ হেক ফংবদা অক্রুর বৈষ্ণবনা শগোল চুপ্লি অসুম্না পাইরম্বদগী খর খজিক থাদুনা শাজৈনা হেক থারকপদা শগোল মরিগী মখোং অদো মৈতাল অশাবদা নেৎপগা মান্নখরে। অমুকসু হন্না শাজৈনা তষ্া হেক থারকপদা।

## গীত

**তালঃ– তাঞ্চপ**

খংহৌদনা রথ চেন্বা হৌখ্রে
উফুলনা ব্রজগী লম্বী পুম্নমক মমখরে।
নিলচক্র উরক্ত্রে,
গোপী পুম্নমক কপ্না কপ্না লৈহৌরে। এ ...

## ব্যাখা

অসুম্না রথ থৌরকপনা যমুনা মপান্দা রথ খামই। রথতগী কুমথরগা যমুনাদা স্নান তৌদুনা তর্পন কৎলিঙৈ মতমদুদা যমুনাগী গর্ভ মনুংদা শ্রীকৃষ্ণ দর্শণ ফংলে। অক্রুর পুমঙক ঙকখ্রে, রথতা য়েংখৎখি, শ্রীকৃষ্ণ অদুম মরৈ, যমুনাগী গর্ভ মনুংদসু শ্রীকৃষ্ণ অদুম মরৈ, অক্রুরনা "এক মেবা অদিত্যম" ব্রহ্মাদি অমত্তনি, অনি শুবা নত্তে। পুরান, পুরান্দা হায়রিবসিদি মীনম্বরা? "হে কৃষ্ণ বৃন্দাবন পরিতেজ এক পাদ নগচ্ছতি" ইবুংঙো বৃন্দাবন থাদোক্তুনা খোংফম অমত্তা ফাওবা লেংথোক্তে হায়বসিদি, ঙসিদি মথুরাদা করিগীদমক লেংবীরিবনো? অক্রুরগী ৱাহৈ তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা হাইরকই। "অক্রুর

বৃন্দাবন অসিবু কৃষ্ণ ঐ লৈতরে হায়না ঙংনবরনে? ঐদি অসিদসু লৈ অদসু লৈ আ-দসু লৈ''।

## গীত

**তালঃ তাঞ্চপ**

ব্রজগী কৃষ্ণ ব্রজদা লৈহৌরে,
বাসুদেব কৃষ্ণ মধুপুরদা লাকলে।।
অসিদসু লৈদো আদসু লৈদো,
বৃন্দাবনবু কৃষ্ণ ঐনা থাদোক্তে।।

## ব্যাখা

অসিগুম্লবা ইবুংঙোগী য়াথং অসি তাবদা অক্রুর ধ্যান তৌদুনা লৈখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা অক্রুর রথ থৌরক্লে, মধুপুর য়ৌরকলে, রথ খামই। রথতগী রাম কৃষ্ণ মচিন-মনাও অনি লেংথরক্লে। কংশগী কোনুং তম্না লেংশিনলক্লে। লমখাংদা কুব্জা হেক উরে। মমাংঙৈ ত্রেতা যুগকী ৱারি খংনিং নিংশিংলকই। দ্বাপর যুগতা ঙাইরম্মু, ঐনা নহাকপু শুংশোই শোইদনা চান্বিগনি, ৱাফম অসি নিংশিংলক্তুনা কুব্জাবু য়েংলদুনা, শ্রীকৃষ্ণনা খল্লে, মতম কুইনা ঐবু ঙাইদুনা লৈজরিবীনি। মহাকপু চানবীরমদবা য়াদে হায়না খল্লদুনা তরোই তরোই, তরাম তরাম্না লেংশিনলক্লগা "হো ইবেম্মা শক ফজবী, শকহেন্বী নংনা পুরিবা চন্দন অদো খিত্তা নিজহৌগে''। কুব্জা ৱা অদু তাবদা স্বাই লাওই। মুখ্রবা শক থিখ্রবা কুব্জাদা "শক ফজবী শকহেন্বী'' হায়না কৌবদুদদি শাওনিংবা অমসুং ইকাইজবনা লোইরে। কুব্জানা "হে দিনবন্ধো ননাইবু চরন্দা লৌশিন্বীরোগবা, তোনখ্রেদা শক থিবা''।

মতাং অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা অমুক হন্না কুব্জাবু য়েংলদুনা "ঙাইখো শক ফজবী নংবুনিনে''

## ঈশৈ

### অৱাই-অখুম

**তালঃ মেনকুপ (অথুবা)**

কৃষ্ণ ঃ শক ফজবী শকহেন্বী ঙাইহাক্তদি ঙাইবীখো
নংনা পুবা চন্দনদো খজিত্তদি পীবীয়ু ।।

কুব্জা ঃ করিনো হে (চৎথেকউহে) নহাসিগা
মচোং মপাক নাইদেদা নচা নশু চুরুংজনি
লংন লাক্লজগনু ।।

কৃষ্ণ ঃ লংনজবা নত্তেয়ে কল্লক্তুনা হাইবনে,
শুকখ্রবা মাইদো চন্দন্নদি ঙৌরিদো ।

কুব্জা ঃ ঐদি মিংশেল লোইদেয়ে, য়েংউরগা কপ্পিনে,
ঐগী শকসি উরগা মিংশেন কয়া থুগাইরে ।।

কৃষ্ণ ঃ অওইবনি ফজৈয়ে ওঙ্গোক্লসু নিংথিখ্রে
নমদি পোন্তক তৌদুনা মচু তানা মুরেদো (মুদুনা) ।।

কুব্জা ঃ নুমিৎ খুদিং তত্তনা অঙাংনা তেংপাক থাবতা
নঙ্গল অসি পোম্মেনে, নম্বু পোনবা হেল্লেনে ।

কৃষ্ণ ঃ ফজৈ ফজৈ নিংথিজৈ, অঙাংনা খংবা নত্তেয়ে,
শমদি তেন্তক তৌদুনা, মনিং তৌনা ফারেদো ।

কুব্জা ঃ চিনহেনবা নহাকপু মতোইনরা,
শিগেরা কালা মানবা পোৎলাকপা,
চৎথোকউহে য়েংনিংদে ।।

কৃষ্ণ ঃ নত্তে নত্তে ফজবী, নত্তে নত্তে নিংথিবী,
ফজববু উরগা ঙকওইদবা য়াওবরা ?

কুজ্বা ঃ নংনা ফজৈ হাইরগা ঐনা হরাওগদরা
ঐগী শকসে উবদা অঙাং কপ্পা তোকইনে ।।

কৃষ্ণ ঃ ফজববু উবদা পংথদবা য়াওবরা,
অপাম্বদি ফজৈয়ে, নুংশিবদি পামজৈয়ে ।।

কুজ্বা ঃ কংশ নিংথৌ কিদরা মাগী মনাই খংদরা,
শকথিবী কুজ্বা ঙসি ইগুন খঙ্গেরা ।

## ৱাঙাংনা (ব্যাখা)

কৃষ্ণ ঃ ঙাইখো ঙাইখো, কুজ্বা নংনা পংশাওদা শাওই, হাদিতবু শেংবনা ফজবা ওইগদৌরিবনি, ফজগদৌরিবনি । হৌজিক ঐনা নঙোন্দা ভিক্ষ্যা নিজরি ।

কুজ্বা ঃ কনানা নিরিবা ?

কৃষ্ণ ঃ ব্রজগী কৃষ্ণনা, কুজ্বা নঙোন্দা ভিক্ষ্যা নিজরিয়ে ।

কুজ্বা ঃ করিগী করেম্নরি অহল ওইরবী শক থিরবী নমসু পোল্লবী মীমাং থোকপা য়াদ্রবী ঐবু, অঙাং নংনা করি করেম্ননি, ঐসে কংশ নিংথৌগী মনাইনি হায়বসি খংদবরা ? নংনা ব্রজগী কৃষ্ণনি হায়রগা ঐনা হেক্তা থাজগদরা ? ব্রজগী কৃষ্ণ হায়বদুদি ধরা চূড়ানা লৈতেংবনি, খুত্তা বাঁশি পায়বনি, ঙক্তা বলমালা থোম্বনি, খ্বাংদা স্নাফিগে থোম্বনি, চরন্দা নুপুরনা লৈতেংবনি, কদাই নংদি অমত্তসু য়াওদ্রেনা, ফরে ফরে নংনা ব্রজগী কৃষ্ণনি হায়রবদি ঐনা

সাখি অমা য়েংবা তারে। ঐনা নহান মখৈ শক থিদনা, কুচু মুদনা, নম পোন্দুনা লৈরক্লিবসে নংনা ফজহনলু। ফজহল্লবদি বৃন্দাবনগী কৃষ্ণনি হায়বা ঐ থাজরগে, ফজহনলু ফজহনলু।

কৃষ্ণ ঃ কুজ্বা নহাক অসে ঙসিদগী স্বর্গগী লাইরেম্বীদগী হেন্না ফজরবী নুপী অমা ওইজরো। (অসি হায়না শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীহস্তমক্লা নাম্বীরে)।

কুজ্বা ঃ (কুজ্বানা হাইফেৎ মশাদা য়েংবদা স্বাই-লাওই) হৈমা! ঐ-করিনো অমা তৌরে শকথিরম্বসু ফজরে, অহন ওইরম্বসু নহা ওইরে। নম পোল্লম্বসু তিংলে, শম তেল্লম্বসু শাংলে। ঐ কৈনোমা তৌরে।

## গীত

**তালঃ তাঞ্চপ**

কুজ্বা ঃ ঐবু ঐরা খংজদ্রে, ঐবু ঐনা কাওরে, ঐবু ঐনা খংজদরে।। হান্না করি ওইরম্বা হৌজিক করি ওইরিবা, অমুক করি ওইগবা। ঐবু ঐনা ঙক্লে, ঐবু ঐনা শুঙ্কৎলে, ঐবু হেন্ব লৈতরে, ফজরে নিংথিরে, নিংথিজরে ফজরে।

## ব্যাখা

কুজ্বনা পুম্নমক অসে ঐগীনি হায়না খন্দুনা নাপন তৌরুরগা, হম্বনা অমুক খল্লুবদা, ঐনা খল্লুরিবা অসে অরেম্বা ঙাক্তনি হায়না খল্লদুনা মাংদা লেপ্লিবা জগৎকি মবুংঙো শেম্বীরিবা ঙাকপিরিবা মাংহনবীরিবা জগৎকী জিব পুম্নমক্লা চংজফম ওইরবা ইবুংঙো মহাক্কী চরন্দা প্রান অত্থা সমর্পণ তৌজখ্রে।

## গীত

**তালঃ তাঞ্চপ**

কুব্জা ঃ লেংশিন্বীয়ু থম্মোই কুঞ্জদা,
ঙাছোইবীয়ু থম্মোই আসন্দা ।।
কৎচরি পঞ্চ প্রানগী লৈ পরেং,
লৎনবীনু প্রেমগী সেবা ।।
খংজদবী, পংলবী লাইবক থিবীনি,
তোল্লবীনি লৌশিন্বীয়ু ননাইনি হায়না ।

## ব্যাখা

মতাং অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা ময়াম্বুং য়াওরি হাইদুনা লোন্না ইঙ্গিৎ তৌদুনা কুব্জাবু থনম্মে । কোনুং য়ৌরক্লে, কোনুং চংলক্লে । কুবলয়া, চানুরমুস্তিক্লচিংবা পুম্নমক মাইথিবা পিরে। রাজ সভাদা চংলক্কুনা সিংহাসন্দগী কংশ মহারাজ শম-লাক্কুনা চিংথদুনা অকনবা মল্লযুদ্ধ তৌরে, পাপী কংশ সংহার ওইরে লান্বীরে। অদুগী তুংদা অক্রুর মুনিবু য়েংলদুনা "অক্রুর হৌজিক ঐগী য়েক্লবা কনা কনা লৈরিবগে? অক্রুরনা ইবুংঙো থোইদোকপা লৈত্রে। অদুদি ঐগী ইমা দেবকী, বসুদেব অনিনা কংশগী কৈশুম শংদা কপ্পা-কপ্পা ৱানা লেনলিবদো অদুগী মনাক্তা পুশিন্বীয়ু হায়দুনা মীয়ামগা লোয়ননা জয় ধ্বনি লাওদুনা চংলক্লে। মীয়ামগী ৱা-ৱা লাওবা খোঞ্জেল তাবদা কংশনা ঐবু হাৎলুরো হায়দুনা লাকলমালে হায়দুনা হিক্লা হিক্লা কপ্পদুনা দেবকী—

## গীত

তালঃ মেনকুপ (অতপ্পা)

লাকও লাকও ইমাগী গোপাল,
ইমাগা অমুক্তা উনখিসিনে ।।
ইমাগী তম্পাক্তা পমজরগা,
অমৃত অমুক্ত ইনলমখিগেনে ।।
পোকচবদি নমানি,
য়োকখিবনা যশোদানি,
ইমাগী অৱাবসে উদ্রবরা ।।

## ব্যাখা

অসিগুম্লবা মমাগী কপ্পা তেংথাখোন ধ্বনি তাবদা থোং শংবশিংনা থোং হাংদোকপা ঙাইঙমদে। য়োৎকি থোংজাও কাওখায়রক্লে। মমা লৈরিবা মনাক্তা চেনশিনলক্লে হিক্ল হিক্ল কপ্পুনা।

## গীত

তালঃ তাঞ্চপ

ইমা ইমা কৌদুনা চেনশিনলক্লে ইবুংঙো,
দেবকীগী চরন্দা কোন্দুনা তুররে ।।
হায়রকই হা-ইমা,
মমা নিংদ্রবা মচানি,
হায়দুনা নচাবু ইষ্লোকপিনু,
ইমা লৌখৎপিরো নচাবু ।।

## ব্যাখা

অসি হায়দুনা মমা, মপাবু পুল্লম্বা য়োৎহ্লিং ফলাং থদত্তুনা হুন্দোকখ্রে। মচাগী মতৌ অদু উবদা দেবকী পুমপেন পেনখ্রে। ইমাগী ইবুংঙো ইমা ৱারৌদে, হৌগৎলো ইবুংঙো, নচিন ননাও অনিনা বৃন্দাবনগী ইংলবা কদম পাম্বী মখোংদা লেঙ্গোন্নদুনা ভঙ্গি শাদুনা লেপ্লদো ইমাদি অমুক্তা উজদ্রি ইমাগী মাংদা নচিন-ননাও লেঙ্গোন্নদুনা অমুক্তা লেপ্পু। ইমা অমুক্তা য়েংজগে। মমাগী ৱা তাবদা রাম কৃষ্ণ অনিনা ভঙ্গি শাদুনা লেঙ্গোন্নদুনা লেপ্পী। মচা অনিগী নুংশিরবা ফজরবা মতৌ অসি উবদা দেবকি, বসুদেব অনিনা হরাও নুংঙাইজবগা লোয়ননা জগোই শারক্লে। অসুম্না মমা মচা নুংঙাইনরে। অসিগী তুংদা শ্রীকৃস্নঙনা মধুপুরদা উগ্রসেনবু নিংথৌ হাপ্লগা মনাই কুব্জাগী নিংজব থুংহনবীদুনা মতম কুইনা মধুপুরদা লৈবিখি।

## ব্যাখা

সখি পুন্নমক্লা ইবেম্মগী অৱাবসি য়েংবা ঙমলক্তরে। দশমী দশা হায়বসিদি দশা (১০) তরানা পুল্লবা অদুগুম্লবা দশমী দশানিদো। কবি কয়া কয়ানা মানা মানা নিংজরকপা হায়জনিংবদু পামনা শক্লরি শোন্নরি। শিংথাবনা মৱাৎলে শৈথাবদা লোইহনরোইদৌবা দশমী দশানি। মতাং অসিদা ইবেম্মগী অৱাবসে য়েংবা ঙমলক্তদুনা সখি ময়াম পুন্নমক তুমিন তুমিন্না লৈখ্রে। ইবেম্মনা মাধবী লতা কুঞ্জদা ফমলদুনা কপ্পা কপ্পা খল্লকই। ঐগী ইবুংঙোগী নিংবা থুংনবা সেবা কনাগুম্বী অমনা সেবা চংবীরম্লবদি ফগনিদকো হায়না খল্লী। খল্ল খল্ল কপ্পী, মবুংঙোগী নাম শোন্না শোন্না অৱাবা কয়া খাংদুনা লৈজে। মতাং অসিদা বৃন্দানা হায়জে, "ইবেম্মা হৌজিক ননাই বৃন্দা মধুপুরদা চৎচগে ইবেম্মগী য়াথং কৃপা পীনবীরো, ইবুংঙো লৌজরুগে"। বৃন্দানা ইবুংঙো লৌজরুগে কৃপা পিনবীরো হায়বা ৱাহৈ অসি হেক তাবদা, ইবেম্মনা বৃন্দাবু চিংনা চিংনা য়েংলগা "বৃন্দা নংনা

ঐগী থৱাইগা হকচাংগা খাইনরমদাই মতম অসিদা নংনা নবুংঙো লৌরুগে হায়বা তাবদা ঐগী থম্মোয় অসে পেঞ্জরে। নংনা ঐঙোন্দা অপান্বা অমত্তদি হাইয়ুগবা''। ইবেম্মগী য়াথং তাবদা বৃন্দানা হঙ্গৎচৈ, ''ইবেম্মা ননাই অপান্বা অমত্ত লৈজদে ননাই ব্রজগোপী ঐখোয়না পামজবদি শ্রীরাধা গোবীন্দগী চরণবু পামজবনি। অতৈ অমত্তা পামজদে''। ইবেম্মা রাধিকানা ''নত্তে বৃন্দা নংনা অপান্বা অমত্তদি হাইয়ুদনা নং সনা পান্বরা, লুপা পান্বরা অমত্তদি হাইয়ু''। মতাং অসিদা বৃন্দা সখিনা ইবেম্মা রাধে ননাই ব্রজগোপি ঐখোয়না লাইরবী ওইবদি লন লৈবা, শক ফজবা সনা লুপা মনি মুক্তা পামজদে। লাইরিক য়াম্না হৈদুনা সংসারদা কবি ওইনা ফাওবসু পামজদে। ননাইনা পামজবদি ঐগী ঐগী অরোইবা লাক্লবদা কফো পাত্ত পিতগী মতমদা রাধে কৃষ্ণ রাধে কৃষ্ণ হায়না শোঙবা ঙম্বা অদুতা পীনবীয়ু।

## গীত

তালঃ মেনকুপ

চরণতনি পামজবা,
অতৈ অমা পামজদে।
মপোক মপোক খুদিংদা,
চরণ নাক্তা থম্বীয়ু।
স্বর্গদসু লৈজনিংদে,
বৈকুন্থদসু পামজদে,
প্রেম সেবাদ ফংহম্বীয়ু।।

## ব্যাখা

অসিগুম্লবা মনাই বৃন্দাগী ৱাহৈ অসি তাবদা ''ইবেম্মা বৃন্দা নংনা নিংলিবা পুম্নমক্তো কৃষ্ণ কৃপা ফংবা ওইয়ুকো'' অসুম্না তাকপিখ্রে। বৃন্দানা

ইবেম্মবু খুরুমজরম্লে বৃন্দানা মধুপুর তম্না লাক্লে। নুমিৎ অসিদি ইবুংঙোনা বৃন্দা লাক্কনি খংবনিনা সনাথোংদা অমুক লেংথোক অমুক লেংশিন মনাই বৃন্দাবু ঙাইহিবিরী। থোং শংবশিংনা ইবুংঙো উবদা ঙসি অসে ইবুংঙোসে ঙাইহাক লৈতনা লেংথোকইদা নহান মখেগা মান্নদে হায়দুনা হাইনরিঙৈ চৈরকসিদা বৃন্দা থুংলরে। বৃন্দাবু হেক উবদা ইবুংঙোনা বৃন্দা করিগীনো নংনা লাকইবসে। ইবুংঙোগী ৱাহৈ অসিদা বৃন্দানা ইবুংঙো, ইবুংঙোদি য়াম্না নুংঙাই য়াইফনা পান্বীরম্লিদা। ইবেম্মদি মৃতু দশা লাকলে। ইবেম্মগী থৱাই কন্বীয়ু। ফরে বৃন্দা নং চৎলো ঐ সোইদনা লাক্লগে। বৃন্দানা ইবুংঙো ঐগা লোয়ননা লেংবিদবা য়াদে লেংঙসি। অদু ওইরবদি বৃন্দা ঐদি ফোংনা নংগা চৎপা য়াদে খোইমুগী মশক ওইনা নংগা চৎসি হায়দুনা লেঙবিরক্লে। বৃন্দাবন য়ৌরবদা ইবুংঙোগী মুর্ত্তি ওইনা চোংথোক্কুনা ইবুংঙো লেংথোরক্লে, কুঞ্জদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনি যুগল ওইরে, মতম অসিদা সখিশিংনা মানা মানা পামজবা যুগল রুপ, প্রার্থনচিংবা কৎচরে।

## ব্যাখা

নিকুঞ্জগী ময়াইদা শ্রীরাধা গোবীন্দ অনিমক যুগল ওইরে। সখি পুম্নমক্না হরাওজৈ নুংঙাইজৈ মতম কুইনা উদ্রবা রাধা গোবিন্দ অনিমক্কী যুগল উজবদা কনানা চামর পাইজৈ, কনানা চরন সেবা চংজৈ, কনানা অভরণ সেমজৈ, কনানা কাংহাই থৌগল তৌজৈ।

## প্রার্থনা

**তালঃ মেনকুপ (অতপ্পা)**

রাধা কৃষ্ণগী শ্রীচরন্দা কচ্চবনি থৱাই মঙা
চংজবনি চান্বীয়ুনা।।

চংজফম লৈজদে শ্রীচরন্দা নত্তনা লম্বী লমজীংবীয়ু
লীলা য়াওহনবীয়ু নিজৈ ফিগাও শানা ।।
লানঙমদ্রবা ইপাক লাঞ্জা, ফংঙমদ্রবা
শ্রীচরন ফংজা লীলা খুদিং য়াওহন্বীয়ু
মমলিবা থম্মোইসে ঙালহন্বীয়ু ।।

## ব্যাখা

সখিশিংনা প্রার্থনা কচ্চরে অসিগুম্লবা ব্রজগী থুপখ্রবা মাথুরগী ভাব রস অসি কনানা খংবা ঙম্বা নত্তে, জগৎকী দেবা দেবীনা খংবা ঙমদ্রবা রস অসিবু কৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুনা ভাবাবেস ওইরকলবদুদা জিব পুম্নমক্তা হোংনা লাইনা উহনবীবতনি, মরম অদুনা ইবুংঙো মহাক্তি জগৎকী গুরুনি হায়বসে লেপ্লখ্রবনি।

## ঈশৈ

তালঃ মেনকুপ (অথুবা)

শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা ব্রজগী রস চুপচরি
অসিগুম্বা রসবু বাস ঘুষনা শকচরি ।।

## চোলোম পুঙলোন

### অহুমশুবা

মাত্রা-৮, তাল্লা-১, ফাক-১

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| + | | | | ০ | | | |
| ধন | ধন্ট | তত্ত | খিত্ত | তঃখিৎ | তেন্তা | তাৎ | – |
| তৎ | তৎ | তত্ত | খিত্ত | তঃঘিন | ধেন্তা | ধেন | – |
| ধন | ধন | তঃ | ধন | ধন | তঃ | ঘিন | তাং |

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| খিৎ | তত্ত | তত্ত | খিত্ত | তঃ | ধেন্তা | ঘিন্তা | ঘিন্তা |
| ধেন | – | – | – | – | – | থেন | – |

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ঘিন্ত্র | ঘিন্ত | তঃ | ধেন | ঘিন্ত্র | ঘিন্তা | তঃ | তাং |
| ঘিন্ত্র | ঘিন্ত | তঃ | ধেন | ঘিন্ত্র | ঘিন্তা | তঃ | তাং |
| – | ঘিন্ত | তঃখিৎ | তাং | ঘিন্ত | তঃখিৎ | তাংখিৎ | তত্ত |
| খিৎ | তাং | ঘিন | ধেন | ঘিন | ঘিন | ধেন | – |
| ধে | – | – | – | – | – | – | – |

পুংলোল অসি দিবা শুতনগী শরুক্তগী খজিক্তং লৌথোকচরগা হাপচবনি।

মথক্তা নোটেসন তৌদুনা ইজরিবা পুঙলোনশিং অসি ঐগী ওজা শ্রীনাওরেম বোকুলজাও অমসুং ওজা শ্রীসৌগাইজম থানিল অনিগী থৌগল তৌজদুনা তমজদুনা খংজবা অদু ইথোকচবনি।

শ্রীকৃতি সিংহ

অসিগুম্না খুবাক ঈশৈ শৈশক শৈরেং অসি মফম মতমগী মতুংইন্না মতাং অনি অহুমদা গৌরাঙ্গগী ভবাবেশদা হঞ্জিল্লগা হেক্তা লোইশিনবসু য়াই। মতাংশিংদি (ক) ব্রজগোপীশিংনা রথ খাম্বাদা, (খ) রথ থৌখিবদা, (গ) রাম কৃষ্ণ মচিন-মনাওনা মধুপুরদা মমা মচা উন্নবদা অসিনচিংবা। ৱাফম অসি গুরুশিংনা তাকপীরম্বনি।





| | |
|---|---|
| মীং | : শ্রীমতী ক্ষেত্রিময়ুম ওংবী থৌরানীশাবী দেবী |
| লৈফম | : চীংঙামথক থোকচোম লৈকাই, ইম্ফাল। |
| পোকপা চহী | : নভেম্বরগী তাং ৩-১৯৪৬ ইং |
| অপোকপা | : লৈশাংথেম তম্ফা সিংহ (পোলো মষ্টর) |
| অপোকপী | : লাইশ্রম নিঙোল ইবেতোনচা দেবী |
| ইপুরোইবা | : ক্ষেত্রিময়ুম নবাং সিংহ |

## অইবীগী শন্নপ্পা ৱারি-ৱাখোঙ

পীশক পীক্লিংঙৈদগী হৌনা মণিপুরী জগোই অমদি ঈশৈদা থৱাই য়াওজরকখি। চহি ৭ তা ঙাইরিঙৈদা গৌরলীলাদা নিত্যাইনন্দ অমসুং চহি ১১ দগী হৌনা ১৯ ফাওবা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী মাণ্ডবতা রাধা শারকখি। লৈবাক্কী শক্লাইরবা ওঝা গুরু কয়াদগী মণিপুরী রাস অমসুং নট সংকীর্ত্তন ঈশৈ তমজবগী খুদোংচাবা ফংজখি। হায়রিবা লম অসোমদা থোইদোকপা দান তৌরকপগীদমক মনা-মথুম কয়া ফংজরকখি।

| | | |
|---|---|---|
| ইং কুমজা ১৯৭৪ | – | রাস নৃত্য ভারতী (অখিল গৌড়ীয়-বৈষ্ণব-সাহিত্য সম্মিলন, নবদ্বীপ) |
| ইং কুমজা ১৯৭৭ | – | ষ্টেট কলা একাদেমী এৱার্ড |
| ইং কুমজা ১৯৭৯ | – | নৃত্য রত্ন (মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ) |
| ইং কুমজা ১৯৮০ | – | সঙ্গীত নাটক একাদেমী এৱার্ড |
| ইং কুমজা ১৯৮৭ | – | সেনিয়র ফেলোসিফ এৱার্ড– "দিবারাস" (ডিপার্টমেন্ট ওফ কলচর, নিউ দেলহী) |
| ইং কুমজা ২০০২ | – | পদ্মশ্রী এৱার্ড |

অমসুং শ্রীযুত বোধচন্দ্র মহারাজনা স্নাগী মরীগা লোইনবা স্নাগী তকমান, অতোপ্পা স্নাগী তকমান ৬, স্না কোনুংগী স্না খুজি, নমথাং খুৎহৎ, খামু চপ্পা অমসুং ফিরাংজিনচিংবা অমদি ঈকাই খুম্নবগী শকখঙ-চে কয়া ফংজখি।

মণিপুরী জগোই রাস অমসুং নট-সংকীর্ত্তনগী লমদা ভারত অমদি রুশিয়া, আমেরিকা, জর্ম্মন, কনাডানচিংবা লৈবাকশিং চৎচদুনা মণিপুরগী জগোই ঈশৈ শন্দোকচরুই।